# শৈরেং লৈপুন

—:)0(:—

শৈরেংজবা—

শ্রীলাইময়ুম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা

থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং ইম্ফাল

[redacted]ত্ব পুন্না অইবগী ]

[ মমল লুপা ৩·০০

ফোংঙবা—

অইবা মশা

Accession No., 1546




অহানবা খুৎনম
সেপ্তেম্বর, ১৯৬৮ ইং
কপি ১,০০০

নম্বা—
ভাগ্যবতী কার্য্যালয়,
চুড়াচন্দ প্রিন্টিং ৱার্কস
ইম্ফাল।

শ্রীযুক্ত লাইময়ুম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মানা ইবা অধ্যাত্মিক ওইবা কবিতানা মপুং ওইবা কবিতা মযাম অসি পারে। হৌজিক্কী মতমগী নহাশিংগী পুক্নিংদা আধ্যাত্মিক ভাব পোকহনবনা শ্রীশর্ম্মাগী উদ্দেশ্য ওইমাল্লে নিংই। চুম্নবদি, মহাক্না হোৎনবিবা অসি থাগৎনবগী মশক্নি। বস্তুজগৎতদা তাউত্তুনা লৈববা নহাশিংগীদমক আধ্যাত্মিক জ্ঞান হাযবা অসি য়াম্না কান্নবা পোৎনি।

শিক্ষাবিভাগকী কর্ত্তৃপক্ষনা শীনবিত্নুনা ঐখোইগী লাইরিক তম্ফমশঙশিংগী মতিকচাবা শ্রেণীগীদমক কবিতাশিং অসি লৌবিরবদি নহাশিংগী কান্নবা ওইগনি হাযনা আশা তৌই।

শ্রীদ্বিজমণি দেব শর্ম্মা

২৯।৭।৬৮

---

শ্রীযুক্ত লাইময়ুম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মানা ইবা কবিতা মযামসী পাবদা পুক্নীং-তুজুং হরাওরি। শৈরেং অয়াম্বদি মুংঙাইবনা শক্তম্নবা তাইবং মপু মহাক্না মরি লৈনবা ঙাক ওইবনা শৈবাংব কবি মশাত নত্তনা অতাবা মীপুম খুদিংগী থম্মোই-ইরাং হৌহনগনি হায়না নীঙিঙ। আধ্যাত্মিক বিষয়গী নত্রবস্থ কবিতা খবদি শিক্ষামূলক ওইবনা অমুকস্থ কবিবু লোক-সেবাদা মায়য়োনশিনবা মীতানি হায়্নদবা ঙমদে। শম্না হায়রবদা কবিতা খুদিংমক মশা মশাগী মতিক-মগুণ

অমমম কোন্ননা নোংদোনথক্না থরাম্মিচাক অমমম্না ঙানবগুম কবিতা-শিংগী পারু-পারুবা মীগী পূক্নীং-অতিয়া ঙানগনি হায়না আশা তৌই। কবি অসিনা মৈতৈ-সাহিত্যগী সেবা তত্তনা তৌজবা ঙম্নবগীদমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি। ইতি—

শীতলজিৎ

তাং ২৯।৭।৬২ ইং

---

শ্রীযুক্ত লাইময়ুম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মানা ইবা শৈরেংগী লাইরিক য়াম্না মুন্না পাজরে। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিং অসি আধ্যাত্মিক বিষয়না য়ুক্ষম ওইবা শৈরেং ঙাক্তা ওইনা তৌই। মী-ওইবগী কান্ন-কান্নরবা পাউতাক কয়া কয়া শৈরেংশিং অসিনা ফোং-দোকই। হৌজিক্কী নহারোনশিংনা মাগী মাগী ধর্ম্মদা মাইওনশিনবা রাৎলকপা অমসুং হৌজিক হৌজিক্কী মুংঙাইবদা পুক্নিং চংশিল্লকপা মতম অসিদা অসিগুম্বা শৈরেংশিং অসি থোরকপনা থরগী মখৈদি মথোয়গী তুংগী পুন্সীগী লম্বী শেমগৎপদা তেংবাংগনি হায়না আশা তৌই। অসিগুম্বা মখনগী শৈরেংশিং অসি ঙসি ফাওবা পংথোক থোকত্রি। ঐহাক্না শৈরেংশিং অসি ইবিরিবা শ্রীযুক্ত কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মাবু থাগৎতনা লৈবা ঙমজদে। মতুংদা মথং মথং অসিগুম্বা মখন মথেনগী শৈরেং কয়া কয়া পুথোকপিরক্কুনা মৈতৈ সাহিত্যগী সেবা তৌরক-খিগনি হায়না আশা তৌই।

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

৩।৮।৬২ ইং

# "নিংশিংজবা"

"শৈরেং লৈপুন" কৌবা লৈপুন মচা অসিনা, নোংম-নোংমগী চাওখৎলক্লিবা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী মন্দিরমক যৌজবা ফংদ্রবস্তু, মন্দিরগী অকোইবদা থোগন সেনাক খল্লিবা শম্বলদৈ পাম্বি মরক্তা উতাংবীগী মতৌগুম নপতুনা হোজবা ফংথ্রবদি, শৈরেং লৈপুন শেম্বদা নাওরা শক্তম ওইরিবা, পাংলবা শৈরাংজবা ঐহাক্কী নোমজমন মহয় য়াল্লে লৌজগে। অরোইবদা অশোই-অরান্ব য়াহে পরেং, বনান্ন চিংথরকপা লান্ব য়াবা খোস্থোক তরা থোক্ল ঙাকপিগনি। অদুগা শেমজিন খোৎচিনজৌ তাকপিরকপা ফিগাও সামা য়াজগনি।

চংজখিবা—

শৈরেংজবা

১৯৬৭



# হীরম-লামায়


| হীরম | | লামায় |
|---|---|---|
| ১। কৃষ্ণ | ... | ১ |
| ২। ঈশ্বরগী থৌজাল | ... | ৩ |
| ৩। তাইবং পোকপী | ... | ৪ |
| ৪। হে ঈশ্বর | ... | ৫ |
| ৫। থৌজাল | ... | ৬ |
| ৬। লেপঙমত্রবা মফমদা | ... | ৯ |
| ৭। মৈতৈ ইমা | ... | ১০ |
| ৮। মুংশিবিযু | ... | ১১ |
| ৯। ঐগী যৌবন | ... | ১২ |
| ১০। মৈতৈ তরেং | ... | ১৩ |
| ১১। হে মুংশি হৈবা | ... | ১৪ |
| ১২। সুনীতিগী তেংথা | ... | ১৬ |
| ১৩। পনধু ফম অমত্তরা | ... | ১৯ |
| ১৪। মানা থোংজিন্দা লেপ্পরদি | ... | ২০ |
| ১৫। য়ানা | ... | ২১ |
| ১৬। চংজরি | ... | ২৩ |
| ১৭। হে ইমা প্রকৃতি | ... | ২৪ |
| ১৮। স্পর্শ মণি | ... | ২৫ |

| হীরম | | লামায় |
|---|---|---|
| ১৯। স্মৃতি | ... | ২৮ |
| ২০। উচেক | ... | ২৯ |
| ২১। কচ্চনিংবা | ... | ৩১ |
| ২২। ইবুঙো | ... | ৩২ |
| ২৩। বিদায় | ... | ৩৩ |
| ২৪। ঐ | ... | ৩৬ |
| ২৫। শরৎ থাবল | ... | ৩৭ |
| ২৬। খুয়া খাদা চংজরি | ... | ৩৯ |
| ২৭। রাকচিংগী লৈরাং অপোম্বী | ... | ৪২ |
| ২৮। ঙমহনবিয়ু | ... | ৪৪ |
| ২৯। কনানো | ... | ৪৫ |
| ৩০। থেংতক কারকপী ছাত্রি | ... | ৪৬ |
| ৩১। কর্ণনা মমা কুন্তিদা | ... | ৪৮ |
| ৩২। ওক্তবগী মপা | ... | ৫১ |
| ৩৩। গঙ্গা | ... | ৫২ |
| ৩৪। অহানবা উনখিবদগী-উখিদবা থোইবী | ... | ৫৩ |
| ৩৫। থরো | ... | ৫৫ |
| ৩৬। হৈনৌ পাম্বী অনি | ... | ৫৬ |
| ৩৭। থাদোকহনম্ব | ... | ৫৮ |
| ৩৮। থম্বাল | ... | ৫৯ |
| ৩৯। সতী খোংনাং | ... | ৬১ |
| ৪০। ভেরাখাদা থোইবী | ... | ৬২ |

| হীরম | | লামায় |
|---|---|---|
| ৪১। থোইবীগী…… | … | ৬৫ |
| ৪২। খম্বাগী | … | ৬৭ |
| ৪৩। থোৌদা কায়দবী | … | ৬৯ |
| ৪৪। বসন্তগী শরুক অমা উবদা | … | ৭১ |
| ৪৫। হে বসন্ত | … | ৭২ |
| ৪৬। পাইথ্রবা মৈতৈ কোকিল | … | ৭৫ |
| ৪৭। লাইরবগী দান | … | ৭৬ |
| ৪৮। মুংঙাইবা | .. | ৭৭ |
| ৪৯। থাদোকপীয় | … | ৭৯ |
| ৫০। ইয়াম্বা | … | ৮০ |
| ৫১। স্নাহল লোকচাও উবদা | .. | ৮২ |
| ৫২। মতম কুইনগী মতুংদা মমা লৈবাক্তা হল্লকপা | … | ৮৫ |
| ৫৩। লফেল পাংকী কোম্বীরৈ | … | ৯০ |
| ৫৪। বকুলনা হায়জবা | … | ৯৩ |
| ৫৫। ঐগী অহাম্বা ওঝা | … | ৯৩ |
| ৫৬। খোংগেন মেনলৈ | … | ৯৫ |
| ৫৭। মুংলিবা থাবলগী তন্দন | … | ৯৬ |
| ৫৮। ইচা য়াইমা | … | ৯৭ |
| ৫৯। অঙকপা থৌজাল | … | ৯৯ |
| ৬০। তোনখ্রেদা | … | ১০১ |
| ৬১। পিবি-ও | … | ১০২ |
| ৬২। লাইরবী নমা | … | ১০৩ |

| | হীরম | | লামায় |
|---|---|---|---|
| ৬৩। | অরোইবা শৈশক্তা | ... | ১০৬ |
| ৬৪। | কনা লৈরি চংজফম | ... | ১০৭ |
| ৬৫। | হামেং শম্পকপী | ... | ১০৮ |
| ৬৬। | থরায় | ... | ১০৯ |
| ৬৭। | শোঞ্জরক্লে মতোমতা | ... | ১১০ |
| ৬৮। | কম্না লানপবা | ... | ১১১ |
| ৬৯। | কনা নতুং ইল্লোইদা | ... | ১১২ |
| ৭০। | হে পুকনীং পোম্বী | ... | ১১৩ |
| ৭১। | পোম্বী নঙবু থাঙমদে | ... | ১১৪ |
| ৭২। | কর্ম্মগী মহয়নি উৎপরা | ... | ১১৫ |
| ৭৩। | সংস্কাব | ... | ১১৬ |
| ৭৪। | ইমা কপ্লুরম্নু | ... | ১১৭ |
| ৭৫। | কোকনি | ... | ১১৮ |
| ৭৬। | ইথৌ থঙসি | ... | ১১৯ |
| ৭৭। | অঙাংগী লাইশোল | ... | ১২০ |
| ৭৮। | সিংহারৈনা হায়জবা | ... | ১২১ |
| ৭৯। | মতিক চাখিসি | ... | ১২১ |
| ৮০। | হে শীঙেল | ... | ১২২ |
| ৮১। | নহাক্তনি তৌঙম্বা | ... | ১২৩ |
| ৮২। | কনানো ? | ... | ১২৪ |
| ৮৩। | করি রাৎলিবগে | ... | ১২৫ |
| ৮৪। | লৈরাং পুকনীং থুংহল্লো | ... | ১২৭ |

| হীরম | | লামায় |
|---|---|---|
| ৮৫। কাওহনবিম্ন | ... | ১২৮ |
| ৮৬। কর্ম্মগী মহয় চাবা লাকপনি | ... | ১২৯ |
| ৮৭। মায়া | ... | ১৩০ |
| ৮৮। খন্থহৌসি | ... | ১৩০ |
| ৮৯। হে অঙাং | ... | ১৩১ |
| ৯০। কাউঙমদে অপাম্বা | ... | ১৩২ |

---

# "শৌরেং লৈপুন"

—):0:(—

## "কৃষ্ণ"

অশংবা থরো ওমজবা
ঈংলবা কুচু পুরিবা।
নিংথিজরবা লাইবক্তা
লূনা থিল্লিবা চন্দম্না
নৌমা হৌরকপা নোংলক্তা
থানবু চৎপা মাল্লিবা।
চিমবাম্না ওয়াল ওমজবা
মুনা রাশিবু-লৈরবা।
নথুম্তা বাঁশী পায়রিবা
জীবগী থরায় কৌরিবা।
মণি আভরণ মন্নামন্না
নং' শ্রীঅঙ্গদা তাংজবা।
নংগী শ্রীঅঙ্গই মণিনা
অমম্বা 'পুম্বা ওালহন্বা।

শৌরেং লৈপুন

নহাক্কী মিংলেন অথুম্বা
ভক্তগী থম্মোয় লূহন্বা।
মোমোন নোকপা মীনোক্নুনা
অন্নাবা পূম্বা কোকহন্বা।
ঔদার্য্য গুণনা তিল্লিবা
সনা ফীগেবু থোল্লিবা।
মথেক অহুম পুরিবদো
তত্ত্ব শুনা উৎলিবনি।
নংগী মূর্ত্তি নিংথিবা
মনাই অপাম্বা মাংহন্বা।
নিংঙক নিংঙকপা মত্তমদা
অনৌবা শকলোন লৌরিবা।
ননাই ভক্তদা ওংলবা
পাপী পাষণ্ড মাংহন্বা।
নখোংদা চংজরবদা
মী মীগী মফম পীরিবা।
য়োরক য়োরকপা মফমদা
লূনা চান্নবু থম্বিবা।
নহাক্কী প্রেমগী লৈচিংনা
চিংশিনবিয়ু শ্রীচরণদা॥

---

শৈরেং লৈপুন

# "ঈশ্বরগী থৌজাল"

ঐ ইতোমতবু ঐনা উজরি,
অতোপ্পা পোৎশকসু ঐনা উরি,
মখোলগী মখলসু ঐনা তারি,
মহাও, মনমশিংসু ঐনা খঙলি,
পূন্নমক নহাকী থৌজালনি।

অয়ুক্তা ফুগায়নবু শাৎলিবা,
লৈরাংগী মুংশিরবা লৈনমদা,
পোম্বী চেক্লাই মীরবা ছন্দদা
খোইমুগী মুংশিরবা সূবদা
নংগী থৌজালমক্ত উজরি।

নংগী সংসারদা বিশ্ব জগৎনা
নিতিই অনৌবা পুন্সি ফংজবা
ওমখৈ লেপ্পা ওমদবা অহাংবা
ওক্লবা মঙালনা থলহনবিবা
পূন্নমক নহাকী থৌজালনি।

নহাক্লা অচিকপদা ফমত্তুনা
নংগী থৌজাল জীবনা ফংলিবা,
নংগী নমি তারিবা থুদিংদা
নংগী নশেক য়ৌরিবা পোশক্তা,
মিৎয়েংবু নিংথিনা তাবিরি।

মাইকৈদি মরিদা-চীংজ্ঞা-তমদা,
লবুক লমহাংদা পাংতা-তুরেন্দা,
উমং-রামংদা উতোন-রাতোন্দা
শান্নরি তাইবং শেম্বা লীলাদো
নংগী থোজাল অরোইবা লৈতে।

---

## "তাইবং পোকপী"

পাম্বোম তরা পানবনা
মাইকৈ তরা ওইরিবী।
মিংসেল্লা অহুম পানবনা
মতম অহুম উরিবী।

খুংলায় মাপলবু পায়বনা
লানপী মথেম্মা ওইরিবী।
চংজবা পূম্বা য়োক্লিবী
অকিবা 'রাবা কোকহবী।

ইমা নহাক্তি মালেমনি
তম্পাক্তা তাইবং পুবীনি।
পলেম নংদি ঈশিংনি
তাইবং পূম্বা য়োকপীনি।

পূম্নমক্কা নশা ওইরিবী
স্বর্গবু মুক্তি পীনবী,

সৈরেং সৈগুম

মতমগী শকলোন লৌরিবী
প্রেমগী মশক পুরিবী।
তাইবংবু শেম্বীবা ইমানি
মাংহন্বা য়োকপস্থ পজেমনি।
পেনবী হৈরবী ইমানি,
তাইবং পুম্ববু রায়েন্বী।
ঐশ্বর্যদা নশক ওইহরিবী
শ্রীবিষ্ণুগী পাঙ্গন অইংবী!
ইমানা তাইবংবু ঙাকপিয়ু
তোল্লবা নচাবু য়োকপিয়ু।
ইমাগী খুয়াদা চংজরি
থম্মোয়গী লৈরাং কচ্চরি,
নচা ময়াম্না খুরমজরি,
তে'ল্লবা ঐখোয়বু ঙাকপি'নি।

---

## "হে ঈশ্বর"

পুন্সিগী লম্বীদা
লাল্লবা খোঙচৎতা
শুরুবু মম্লবা
মায়াগী লৈচীল্লা,
মাইকৈদি জরাবু

শৈরেং লৈপুন

শিনথ্রবা মতমদা,
করম্বা থাউমৈনা
ঙমগনি ঙালহম্বা।
চংজফম কনা লৈ
তেংবানবা পূম্বদা
লৈতরে ইবুংঙো
নখোং থম্বাল নত্তনা।
চংজরে নখোংদা
তোল্লবা ননাইনা
ননাইগী ননাইনি
পুক্লিংদা খন্দুনা,
পংলবা ননাইবু
মুং'শ কুবিয়ুকো,
রাজরে হায়নমু
থৌজানবিয়ুকো।

---

## "থৌজাল"

নোংঙাল্লমদাই মতমদা
চীংখৈ ফীহুপ হুল্লকপা
মীওই 'পুক্লিং হুনরি।
পুক্লিং হুবা চীংদোন্দা
অয়ুকী মুমিংনা থোরকপা
তাইবং থম্মোয় শুম্মাংলি।

মনানা মহি চেল্লবা
কোয়ৌ মঙাল ফংজবা
থম্বাল কৌবী শকহেম্বী,
অহিং চুপ্পবু কপ্লুবী
মবুংঙো মিংলেন শোল্লুবী
মোমোন মোমোন নোক্লক্লি।
মতানা নোকপা উবদা
মলয়া হুংশিং নামিবা
তপ্প তপ্পবু হুম্নরি।
চান্নবী মতেং ফংলগা
ইকাই শরুক কোক্লগা
হরাও মথোই কাররক্লি।
থম্বালনা মকা লাম্লকপা
থেক্লা নৌনা হাইরকপা
জীবই পুক্লিং শুমহৎলি।
পোম্বী চেক্লানা শোল্লকপা
মপুগী কোলোয় অথুম্বা
থম্মোয় বীণাদা য়ৈররি।
শংবান্নবা আকাশতা
য়েংথৎলুবা মতমদা
মুংঙাই ঈপাক্তা তাওহল্লি।
মুমিদাং য়াইগী মতমদা
তময়া কোরি চেন্নবদা,
নৌনা অমুক তুজুংলি।

## শৈরেং লৈপুন

পোম্বী চেক্লা কয়ানা
মাগী মাগী ময়ুমদা
থুনা য়াংনবু পাইরক্নি।

পম্থোগী শুমাং ময়াইদা
বৃন্দাদেবী মখোংদা
য়াগী থাউমৈ কংনরি।

মাইকৈ তরা ভালহম্বা
ধূপকী মনমগা লোয়নবা,
মীওই পুক্নিং চিংশিল্লি।

নোংখোং শেংবা অহিংদা
থোরানমিচাক ময়াম্না
তনিক তনিকলম্বদি,

অনৌবা নোংবু শুমজবা
শংবাম্নরবা 'রেশমদা
মণি মুক্তানা থামগুল্মী।

থাবলনা ঈরী চেনবদা
থরোনা ঈংনা নোকচবা,
খোইমুনা 'ঙংনা থৌগল্লি।

অহিংগী লৈরাংনা শাথলকপা
মলয়া হুংশিংনা খোঙদোইবা
কোকিলনা কুহু খোঙক্লি।

য়েংউ য়েংউবা মাইকৈদা
উরু-উরুবা পোশক্তা
শ্রীগী পুক্নিং চংহৌরি।

অঙকপনি নংগী থৌজাল
মপান নাইদে নংগী থৌজাল
পূম্নমক নংগী থোজালনি।
পোশক খুদিংদা লৈরিবা
নংগী থৌজাল নিংথিবা
করম তৌনা পূনগনি।
ঐগী পুক্লিং তাহৌবা
কনাই মতেংনা পূল্লগা
নংগী চরন্দা কৎকনি।
পিনবিয় ননাইদা
অমত্তা ওইনা পূল্লগা
খূয়া-খাদা কচ্চবদি।

———

## "লেপঙমদ্রবা মফমদা"

শংবান্নরবা আকাশতা মাইকৈ থঙদ্রবা মফমদা
মণি কয়ানা ঙাল্লিবা কয়াদা নিংথিজগ্রবা!
মখোয়গুম্না ঙাল্লগা মপুগী য়াথং পুনিংই।
অচোবা নিংথৌ কয়াগী অঙকপা বৈভব উরুরি
নিংথৌ ওইনা পোক্লগা প্রজাবু গুরুগুম উনিংই;
ইচাগুমস্থ য়োক্লগা অচুম্বা ধর্ম্মদা চিংনিংই।
মশক ফজবা উরুরে ফজনা পোকপা পাম্মুরি,

ঙুংশিবা খোঙ্গেল তাকপা খোঙ্গেলনু কপ্পা ওইনিংই,
ঙুংঙাই য়াইফবা উরবা ঙুংঙাই য়াইফবা পাম্নিংই।
য়েংউ য়েংউবা মাইকৈদা অপাম্বমক্ত পোকহল্লি,
করম্না অপাম্বা কোক্তুমা পুন্সি ঈচেল লেপহল্লি!
লোইবা লৈতবা অপাম্বা শিরগা ফংলুগদৌনি
লোইবা লৈতবা পুন্সিগী লেপ্পা নাইদবা ঈচেল্লি।
অমত্তা ওইবা ঈচেলদগী মচা কয়া ফাংগল্লি,
জাতি খুদিং মশানি ঈচেল মরুদি অমত্তনি;
ঈশিং ঙুংশিংসু তোঙাল্লি ফীজেং চাকচাসু তোপহল্লি,
ঈচেল মরু অমত্তনি থম্মোয় থম্মোয় অমত্তনি,
ঐখোয় পুন্নমক্কী অপূম্বা মীওইবগী জাতিনি।

---

## “মৈতৈ ইমা”

ইমাই মূর্ত্তি অহংবা
লাৎচগেনে থম্মোয়দা।
নংগী কোলোয় অথুম্বা
শকচগেনে ইচিন্না।
নংগী মিংলেন মণিপুর
তাজগেনে নাকোংনা।
মচু কয়া য়োল্লিবী
ইচা মীচা খাৎলবী।

নংগী পুকচেল অন্তরী
নংগী রাখল অপাকপী।
জগতা শিঙ্গা পিরিবী
মৈতৈ ইমাও ঃ অপোকপী।

চেক্লা পোশ্বী থায়দবী
উহৈ রাত্ত হুন্নিবী।
ননিং তম্না পাল্লকপী
'কন্না মচা পোকখিবী।

মীনাই য়োঙ্গিলং চল্লুবী
অরাবা ফীজোল খোল্লুবী।
নপারী নমোম চাওরক্লে
মভিক চাবশু রাম্মক্লে।

মমা মিংবা রাওরক্লি
ইমাই রাবা খণ্ডলক্লি।
রারুন্ন ইমা 'পোকপী
ইমাই 'রাবা কোক্লনি।

---

## "নুংশিবিয়"

'ঐগী' 'ঐগী' হায়রগা
ঐগী ওইবা মপুদো,
ঐহাক ওইমা লোকবা
করিনোনে ঐহাকপো !

ঙহাক্তুংদং হাংলগা
নাপা চিক্লা খিংখিদো,
করিননো খঙদেদা
হায়বা ঙমদে ঐহাক্তো।
রাখল খল্ল খল্লগা
থোইনা হেম্না মমখিদো,
নংগী মায়া অসিরা
পুমথোই থোইবা ইবুংঙো।
× × × × ×
ননাই ঐদি অপঙবা
ইথুং অনি লোল্লেদো,
হুংশিবিস্থ তোল্লবা
হুংশিহৈবা ইবুংঙো।

---

# "ঐগী যৌবন

ঐগী যৌবনগী মতমদা
থল্লম্বা রাহে অপূম্বা
কোরৌ মঙালনা লাক্লগা
উন্না অস্থম তুমখিবগুম,
লৈরাংনা লৈথোক লোয়রগা
রানা কিনা খাঙজবগুম,

রাখল অহু খঞ্জরুবা
অঙাওবগী মতৌগুম্না
নোক্লিংবস্মু পোক্লক্লিদো
অকিবস্মু ফাওরকইদো।
নোক্লিংববু ওইরবস্মু
অকিববু পোক্লংস্মু
কাওবা য়াদবা য়াওরিদো
থাদোকপা ঙমদ’ লৈরিদো,
’পাম্বা য়াওদনা লুংশিবা
করম তৌরগা ফংগবা!
মহু মঙোন্দা কচ্চবা
ঙম্নদিকো পুন্সিসিদা
পোকপগী মহে য়াম্লেদো
পুন্সিগী মতোল লোম্লেদো।

---

## “মৈতৈ তরেং

হা মৈতৈ তরেং পুকফবী মঙ্গা শিন্দম পিরিবী!
ননাও কপত্রেং কপচেংপী শিঙ্গা খঙনা শুহনবী!
ননাও হুইত্রী পুকংবী শিঙ্গা পীতুনা রারকপী!
ননাও কাপোন থিকনেঙ্গী অচাবা মশিন পীশিনবী!

"গুরগী চাবা তাইবংনী গুরগী হিংবা রাবনি"
নোম্বা তোকপা য়াদবা মালেমদা শিক্ষা পীরিবী।
বিষ্ণুগী চক্র পাঙ্গনবী শাইওন লাংলোন লৌরিবী।
ঘড়ী চংলে নহাক্কি, বেডিও খোংলে নহাকনি।
এরোপ্লেন পাইবে নহাক্কি-গাড়ী চেল্লে নহাকনি।
মালেম পৃথিবি অপূম্বা নহাক্কী নথা পোনবনি।
মৈতৈ তবেং শিল্লৈমা অশোন-অনা য়োক্লিবী।
নংবু পলেম মিঙ্গৌজগে ইমা ইমা কৌরগে।
ফজবা লংলা পুথোকউ অশেংবা ফী থোকহল্লু।
মৈতৈ পূম্বা শেংহল্লু অশেংবা মৈতৈ ওইহল্লু।
মৈতৈ লিংজেন হাপ্লগু য়াঙ্গংবা নোংশা নোয়হল্লু।
পলেমগী সেবা ফংহল্লু নতাই রাবা কোকহল্লু।

---

## "হে নুংশিহৈবা"

কুমজা কুমজাদি হৌথরি
পুন্সিমু অশুম লেনখরি

করম্বা মওংদা চংখ্রি
খঙহৌদরে ওৎপোকপনি।

মকম কৈদৌনী লাক্লিবা
কদাইবু তাল্লা চংলিবা,

মতম ইচেল্দা ভাউহ্নুনা
তুরেন কাউশিং ওইহ্নুনা।
মিকুপ খুদিংগী চেন্থ'রি
খমন্নুং ঈপাক তম্নহ্নুনা;
অহুমকক্তুদা থংঙমদ্রি
কোকপস্থু ঙমদ্রি অঙকপা।
ন্নারেম থোরেমদা লুপ্তুনা
পুন্সি হৌগ্রে অরেম্বদা
অন্নাবনা কোয়শিল্লক্লি
অরাংপনা তান্নরক্লি।
প্রেমগী ঈফুৎ কংখিদোরে
থম্মোয় লৈকং ওনখিদোরে।
ঙাকপিয়ুনে মুংশিথোহৈবা
কনবিয়ুনে মুংশিহৈবা,
শোন্নৈ নংনি মুংশিহৈবা
হায়নৈ নংনি মুংশিথোহৈবা

———

# "স্থনীতিগী তেংথা"

শন্নাও কায়নবী শম্বীনা
মচাবু কোয়না থিদ্রুনা
হা-মো হা-মো খোংলদ্রুনা
মাইকৈদি খুদিং চেল্লিদো।

উশা অমদা তোংদ্রুনা
মপীনা চীঙাক ইন্নম্বা
উচেক মচা ফাগ্রবদা
মপীনা কোইখোং খোংলিদো।

মমাগা লোইনজরম্বা
শজি মচাদি অপংবা
ব্যাধে লাংদা থুগ্রবদা
মমানা কোইথি থিরিদো।

নিংথৌগী খোজাল ফংত্রবী
মচাগী মৈনা চাক্লবী
রাণী স্থনীতি পুকফবী
ধ্রুব রাখন্দা লুপ্লিদো।

য়েংবদা রাবা কাউনবা
শংবানবা অতিয়াদা
পুক্লিং মকা লাম্নদ্রুনা
পাইরক্লী চেক্লা উমাইবী।

হাদ চেক্লাও তুনানবী
মালেম থক্তবু পাইরিবী
পুক্লিংস্তু মকা লাম্লিবী
মালংবা ফৌরোয় ইল্লিবী।
শাংথ লেমথনা পাইরীবী
মালেম পৃথিদা য়েংলিবী
লমদম কৈদগী লাকপনো
মাইকৈনা কদোম পাংবনো?
ইমাই নিংথিবা য়েংবরা
নরুপ নপিজা থিবরা
রারবা জীব উবরা
নতেং পিবিগে লাকপরা?
নহাক্তি ননিং তম্বনি
য়ৌনিংবা লমদম য়ৌবনি
চানিংবা হৈরাং থিবনি
চীংন্নুং মান্নুংস্তু তাবনি।
নংনা অস্তুম পাইরকপদা
শুক্লবা বনগী মন্নুংদা
চহি মণ্ডাগী নাওরানা
কপ্পা লাওবা তারম্বরা?
চাবা থকপস্তু ফংদ্রবা
নাওকোনবিদ্রবা নাওরানা
হা ইমা: হা ইমা: কৌহ্না
কোইচেন চেনবা উরম্বরা?

অকি অথংনা নিক্লবা
মকোক্তা মখুৎ হাপ্লবা
তুবোই মালোইবা নাওৱানা
'ইমা ইমা' কপহৌববা ?
"নিংবা কায়রবা ইচানি
পম্থোগী থৌজাল ফংদ্রবা
ইমাগী মতেং য়াওদ্রবা
পংলিবা অঙাং নাওৱানি।"
মাইকৈ খংদ্রবা মফমদা
মুংশিৎ মু'শাস্থ মবক্তা
কনা হন্না উত্রবদা
ইমা ইমা কৌহৌববা ?
তুফাংবু খপ্পা পাইরিবী
মালংবা ইবোইনবিবী
অমুক্তদি হল্লকখো লাও
হংজবা রাহং তমলমখো।
ইচাগী প্রেম্না ডাওরবী
নিংথৌনা মিৎয়েং তাদ্রবা
কালেন মুংশাস্থ খাংলিবী
লম্মৈ' চাকথ্রবা উবীনি।
ইচাগী মপাও তম্বিয়ু
মাইকৈ শেংনা উৎপিয়ু
অওইবা মফম তাকপিয়ু
ইচাগী মৈচাক মুৎপিয়ু।

করিনো চেক্লা তাদরা
অহোইনহুম্না পাইথ্রিবা!
খওজরে চেক্লা নহাক্তি
স্বর্গগী স্বাধীন ফংবিনি।

ঙাইহবিখোগবা চেক্লা-ও!
নহাক্কুম ইনিং তমহুনা
পাইজগে নতুং ইন্দুনা
লীজগে ইচাই খোঙ্গূন্দো।

আঃ পাইওমত্রেদো তোল্লবী!
লৈহৌরস্তু পঞ্চভূতি
চ জরিবীগী আত্মা'দি
চেক্লা নংনা পুবিয়ুকো!

---

## "পনথুংফম অমত্তরা!"

উজ্জয়িনাদা খোংখিবা কোকিল
হৌজিকস্তু লেপত্রি থাম্মোয় বীণাদা;
অতুবু নত্তে ঐখোয়গী কোকিল
হায়বিগদৌরিব্রা কনানা!
সমুদ্র রাংমৈ সেকসপিয়-র কোকিল
মহাকস্তু খোংলি থম্মোয় কুণ্ডদা;

মাবুস্থ নস্তে ঐখোয়গী কোকিল
তাবিনিংলরোইদ্রনে কনানা।
মখোয়দি খনখিদে মচু মখল
মান্নৰা উবিখি জীব পুম্বা,
খন্থখি কাচিল কোয়া য়ৌনবা।
উজ্জয়িনি কোকিল মমোয়্নোই
নাওরা কোকিল শকুন্তলা,
সমুদ্র রাংমৈ কোকিলগী
মমোম লোইদি পোর্শিয়া
হৌজিক্কী লমচৎ ফজবী
পোম্বী অত্থমক ওইনরী।
পন্থোবু কোকিল অনিসি
মমোম য়োকপৈ হৈশিংবদি,
কীজেৎ লৈতেংদা খঙবদি
জাতি খূদিংগী ওইনরি,
ধর্ম্ম খুদি·দৈ লান্থোক্তি।

---

## "মানা থোংজিন্দা লেপ্পরদি"

অমংবু য়াইথোং কুপ্পমদাই
প্রলয়গী মুংশিং শিংলমদাই
সমুদ্র তরেং তিল্লমদায়

ইন্দ্রিয় পূম্বা থুপ্লমদাই
ব্রহ্মাণ্ড অমা মাংলমদাই,
লাক্কবা য়াদে লাকপা তাই,
মাদি থোংজিন্দা লেপ্লতাই
মাদি ‘পীয়ু’ নিরবা তাই।
নংনা কবিদি পীবা তাই?
... ... ... ... ..
নংগী থম্মোয়দা তুংলিদাই
মঙোন্দা লোইনা পিখি’ তাই।
শরৎ কয়া হৌখিবদাই
বসন্ত কয়া ওইখি’দাই,
অয়ুক মুংখিল চৎখিবদাই,
চহি কয়া ফাখিবদাই,
লৈবাং কয়া শাৎখিবদাই,
হৈরাং কয়া কেনখিবদাই,
য়ুম্ফম থক্তা অরা-মুংঙাই!
লৈজ’পূম্বা পুথোকপা তাই
পূম্নমক লোইনা পিখি তাই।
মাগী মতুং ইঙবা তাই
খূদিংমকপু থাদোকপা তাই।
পুক্নিং হকচাং শেংহৌবা তা
গুরুই কাদা চংহৌবা তাই

মাগী থৌজাল নিজবা তাই
নত্রবদি মাংথিবা তাই
মমবা কোমদা তাবা তাই।

———

## "য়ানা"

ঐনা য়াবতা হাবিয়ু
ঐনা য়াদবা তোকপিয়ু।
করিগী শকফম কায়রুনি
করিগী তকশি শোল্লনি।
য়ারিভৈংদি শেমহৌদে
য়াদ্রকান্দা শেমনিংলে
কদায়দগী য়াগনি
করম তৌনা ফগনি।
অকনবা পোৎতা চিকহন্বা
শায়বা ঙমদবা শায়হন্বা
হৌজিক করি থোক্লরে
য়োং হনুবা মাল্লরে।
মহাও তমত্তা খংদরে
চানিংবতা মঙাইরে।
অহাওবা চাবা য়াদ্রে
হিংনবতা য়োৎলরে।

শাইনিংবতা মঙাইরে
তকশি শোয়া তোক্লরে ।
তাইবং মীনা শেম্বগা
মান্নরোইদা হান্নৈগা ।
ফবিভৈদা শেমজিন'স
নৌরিভৈদা চোকশিনসি ।

---

## "চংজরি"

অকিবগী মশক ফংনা
লাক্লিবা মতমগী ঈচেল
কবম্না থেংননি ঐনা !
মতমগী মুংশিং শিংলক্লে
ঈথকসু চাওনা হৌরক্লে
মল্লবা ঐগী হিনাওসে
লুপ্পা ত'রব্রা ঈয়ায়দা ?
পুক্লিংদা কিবা পোক্ল'ক্লে
থম্মোয়দা মুংশিবা ফাওরি,
কনবিয়ুকো হিসি নংনা
পিবিয়ু পাঙ্গন' হীরোয়দা ।
কনাদি লৈরি হায়জক্ম

কনা'মা লৈরি চংজকম
অরাবা তার' মতমদা
নখোং থম্বাল নত্তুনা।

---

## "হে ইমা প্রকৃতি"

"হে ইমা ওঃ প্রকৃতি
খুকুমজরি চরণদা!"
পীরাংগী তুরেল মরূদা
হৌরিবা পামেল মরক্তা
নোংমতম্ম লেঙশিনবিম্ম
প্রকৃতি ইমা নহাকপু।
ইমা নংনা লেঙশিল্লদি
ঋতু পুষ্পম্ম খে'ঙদানি
চোংঙা তেনরা তোংলনি
রাহোং কো'কিলম্ম খোংলনি।
মগুণ চেনবা চন্দনগী
মুংশিবা মনম পুরবী
ইংলবা মুংশিং নাম্নিবী
তপ্ন তপ্নবু শিংলনি।
ইমাগী থোজাল লৈরদি
পিরাংগী তুরেল মরূদি

প্রেমগী যমুনা মপান্দি
শোয়দনবু ওইখিগনি।
প্রেমগী যমুনা মপান্দি
হরিগী লীলা মফমনি
লীলা মফম ওইহনবিয়ু
চরণ সেবা ফংহনবিয়ু।

---

## "স্পর্শ মণি"

যমুনাগী মপাননি
চিক্লবা বণগী মঙ্গংনি।
নরত্তমদি ভক্তনি
প্রভূই মনাই নোল্লুকপনি
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোনবনি
হরি ভক্তিদা লুপ্পনি।
ব্রাহ্মণ অহল লাইরবা
মমংদা লাইনা তাক্লুনা
নরত্তমগী মনাক্তা
পুকনিং মঙংঙাইনা চংলকখি।
ব্রাহ্মণ অহল উবদা
গোস্বামীজীনা হংলকখি।

কন্দাইদগী লাকপনো
করি তাক্‌পিগে নিংবনো ?
বর্দ্ধমানদগী লাকপনি
ঐগী জাতিনা ব্রাহ্মণ্নি।
মমাংঙৈগী মতমদা
মুংঙাই য়াইফবা ওইরম্মী
হৌজিক মতম অসিদা
লাইর চুদৎনরবনা
তৌনিংঙাই গতি লৈত্রে
শেৎনিং চানিংবা থুংদরে
বৈষ্ণব দর্শণ ফংলগা
'ব্লাবা অনংবা কোক্কদ্রা
খণ্ডহ্না লাকপনি
ঐবু অমুক্তা পোকপিসি।
... ... ... ... ...

"বিষয় পূম্বা থারবা
উহৈ ব্লাহৈ চাজবনা
য়াইবী থরাই হিংলবা
ঐনবু করি ভমগবা !
ঐগা মান্ন' তোনবদি
অনি শুনা লৈত্রবনি।
"ঐবু করি তৌসিবা

ব্রাহ্মণগী পুকনিং পেম্নবা !"
'সুম্না রানা খল্লবা
ঠাকুর মহাশয় পুকনিংদা
যমুনাদৈ ফংখিবা
মণিগী রাফম নিংশিংলে
লৈঙোই মুংদা ফুম্লিবা
স্পর্শ মণিদি অথোইবা,
ব্রাহ্মণনবু তাকখবে
মথুং মক্সা লৌহনথ্রে।
ব্রাহ্মণ অঙকপা ফংখরে
রাখল মুম্না খন্থরে।
স্পর্শ মণি পিথোকপা
হালেঙদনবু ঙমলিবা,
মহাককুম্বা মীশক্তি
পৃথ্বিদা অনি শুদরি।
পুম্নমক্কই হেল্লবা
মহাকপু থাদোক্লম্নগা
ঐনা ইয়ুম হনবদি
পুন্সিগী করি তোংজনি!
অসুম্নদি খন্দুনা
মণিগী আশা থাহুনা
অহল ওইবা ব্রাহ্মণদো

মগ্নমদা অমুক হন্দ্রেদো।
জাহ্নবীগী গর্ভদা
অথোইবা মণি কংলগা
ভক্তে 'নাক্তা ফমখরে
মাংদ্রবা লনবু ফংখরে।

---

## "স্মৃতি"

কনানো নহাকপু ?—
যুগ কয়া হৌখরে
চহি কয়া চংখরে,
নোংমতসু চংঙক্তে,
নোংমতসু লেপ্লদে।

ঙসিদি—
ঐগী থম্মোয় কুঞ্জদা
বসন্ত মালংনা হুম্বদা,
কোকিলগী স্বরগা লোইননা
শান্নসি থোরক্লো কৌরিবা।
নহানমথৈসু ঐবু কৌই,
থোরক্লো থোরক্লো হায়নদি,
হৈপাল লৈপাল পূম্বনদি

মখুৎপু তোয়না থৎলম্মই।
অতুবু ঐনা উরুত্রি
ঐবু কৌরি খঙউদ্রি ।
ঙসিদি নংনা লাকপদা
মখোয়না ঐবু কৌরম্বা
ঙাম্লক্লেদো পুক্লিংদা ।
অহল ওইবা লৈতবা
নশাই ফীরেপ হোংদবা
মুংঙাইরিনি নহাক্তি।
ঐস্লু থিরগে অরেপ্পা
পাংবিয়ু ইতেং নহাক্না,
কৌবিন্নু 'পানগী ইরাংদা
চংহল্লু মাগী খুয়াদা
অরেপ্পনি হায়নরিবা ॥

---

## "উচেক"

উদা চেক চাক খোংলিবী
পামেল উশাদা তোংলিবী
করি উহুনা খোংবনো
কনাবু ঈঙ্গিৎ পিবনো ?

নিংবা 'থুংদ লৈহ্রনা
চেক চাক চেক চাক খোংবরা ?
মীগী অশোয়বা উহ্রনা
তাকপিহ্রনবু খোংবরা ?

× × × ×
× × × ×

'খোইস্থ সমাজ অমনি
কাংবু কাংবু লৈবনি ।
মপুই মনাই তোল্লবনি
শিস্থা কাযদনা পুবনি ।

মপুই কোলোয় শোনবনি
তোন্না থোগন চংবনি
ৱাবী ৱাতাইস্থ শানজে
ইকুপ ইপীজা কৌনজে

ঐখোয়না উবা শকক
জীবশিংদা খঙহনজে ।
ফত্তবা উবস্থ মীগী
মাংজোননা হঙ্গচখি ।

তোল্ল' মপোক ওইবনা
মপুই মিংলেন শোনবনা
অথুম্বা কোলোয় শকপনা
পুন্সিগী ঙমখৈ ওইজরে ।

মসি লাইনিং ওইজরে
ঐখোয় পুক্নিং লেপচরে ॥

— — — —

## "কচ্চনিংবা"

কচ্চনিংথ্রেদকো ইবুংঙো লৈ পরেং অমত্তা !
অহিং মুংথিল অনিদা লৈরেং লৈখন্দা লুপচবা,
চাবা-থকপা মতমদা শীঙেল রাখন্দা লেপ্পবা
অনৌবা পরেং অমত্তং লেংজনবা হোৎনবা,
করম্বা মতমদা পুক্নিংগী লৈরেং থোক্লগবা !
মতমগী লৈরাং শাৎলক্লি ঋতু ঋতু খুদিংদা,
লৈরেংজবা লেপচদবি লৈরাং লৈচন চানবা,
কচ্চবা য়াত্রা নিংউবা অরাৎপনা হেল্লম্বা
থোলহন্নিংবা পরেংদো করম্বা কালদা থোক্কবা !
কনাদা তমজরুবগা লৈরেং লৈচন চাগবা,
সমুদ্র রাংমা লাল্লগা পুক্নিং লৈরাং ফংগদ্রা,
চীংজাও মতোল লোয়্নগা শীঙেল মাবু থেংনগদ্রা !
× × × × ×
থিকুবা ঙমদে চৎতুনা ইখোঙনগা তেনবনা,
পাইরুবস্থু ঙম্মুদে ইসা পান্দবা মরম্মা,
পাকনা খনবস্থু ঙমজদে রাখল থেনবা ওইবনা !
× × × × ×

খুদোন মরিফুমরিগী থম্মোয়গীদি বনম্লুংদা
য়েক্লবা তরুক্কী খোল্লাও কিজববু মক্তনা
পুক্লিং লৈকোন মম্লুংদা লোল্লা পোমশাংনজরিবা
শীঙেল মাবু হেক্লগা লৈচন চাবা ওইগদরা।
X X X X X
য়েক্ল' তরুক মাংপ্রগা পুকনিং লৈরাং শাচ্চনবা
নংগী মিংলেন তত্তনা ঙমহনবিয়ুকো নিংশিংবা!
X X + X X
পুকনিং লৈকোন্দা শাংলকপা ভক্তি লৈরাং হেক্লগা
প্রেমগী লংনা লেংহনা নংগী খুয়াদা কচ্চবা
ফংহনবিয়ুকো ইবুংঙো ননাই ঐবু তোল্লবা॥

---

## "ইবুংঙো"

থরাইগী থরাই ওইববু
ঐগী থরায় হায়রুবা।
মাগী লৈফম মন্দিরবু
ঐগী হকচাং কৌরুবা।
ঐঙোন্দা লৈবা মহাকপু।
ঐনা মশক খঙদবা।
ঐগা মাল্লনা তোনববু
মালেমদা কনা লৈ'বা।
X X X X

কাউহনবিগনু ঐহাকপু
নংগী নাইথ্রাং ওইহন্বা।
শোলহনবিয়ূকো ঐহাকপু
নংগী মিংলেন অথুম্বা।

---

## "বিদায়"

ঙসি কৌব্না হুমিৎসি
নিঙোল ওইবী ঐহাক্কী
তম্পাক য়ুমদা লৈবগী
পুন্সিসিগী হুংখম্নি।
হযেং ইন্নুং ঙাল্লগা
পম্থো শন্নী পুন্নুনা
মানজা মাগী শাইকোন্দা
নিংোল থুপ্লু তাথরে।
'নাওরা হুংশি শান্নরোয়
নিঙোল ঐগী খোযদাবোয়
পোম্বী নংবু কবম্না
থনমসিগে ঐহাক্না!
ঙসি কৌবা হুমিত্তা
নতা ঐনা খোক্লবা
তাউজিং হৈরাং অমুনবা
নবুক পেম্না চারোকো।

তাউজিং হৈরাং চাবগা
নতাই খুৎনা খোংলবা
চৌবী তরা চাকসিস্থ
পোম্বী নংনা চাবিযু।

লোকী ঈশিং অরূবা,
য়োৎ-তোং মুংদা শারুবা
নিঙোল 'খুৎনা য়ারুবা
ইতা নংনা থকপিয়ু।

নংনা 'চে-চে' কৌবদো
ঐনা থরায পেনবদো
ঙসিদগী লোইরেদো
হয়েংদগী তা'রোইদো।

বনগী চেক্লা নহাক্তি
পোম্বী ওইনা য়োকচবী,
থাদোক্লগে হৌজিক্তি
ননিং তম্না পাইরুরো।

ঐনা উরেং শেৎপদি
নংবু মুংশি লম্বীনি,
ফীবান 'ঙাংবা চনবনা
নংবু কাউদ পরমান।

"চে চে" '"চে-চে" খোংবিরো
ইংনা পেল্লা তাহল্লো

’খোঙগী য়োংহ্নিং থংলগে
পোনগী থোংনাও হাংলগে।

পাইয়ু চংলু য়াদরে
‘চে-চে’ তোয়না খোংখবে,
নিঙোল কোক্তা তোংখরে
‘চে-চে’ ‘চে-চে’ কৌখরে।

নিঙোল পীরাং শীঙ্গুরে
হীক্লা হীক্লা কপলক্লে,
কোক্তে চেক্লা লৌথবে
পোম্বী চেংনা কোনখরে

নিঙোল মতৌ য়েংবদা
পোম্বী ফীভম উবদা
পলেম পম্বো অনিনা
থেমজিল্লরে পিনপ্না।

নিঙোল পোকপী পলেম্না
কোকথুম ফীজি পায়হুনা
মচাই পিরাং তৈথোক্লি,
পোম্বী কোক্তা নানবিবি।

পম্বো মপা অপোকপা
মমোম চিংনা য়েংলগা
পিরোইনবা মিংফম্না
ব্রাশক পরৈ শবীরী।

ইচাই অওং অউন্দা
ইশামল্লা পুন্থনা
শোহিদ 'য়াওগে ইপান্না
চাংসুং চাদি উরেংবী
চিত্থাল তয়াল ঙমল্লবী।

---

"ঐ"

ইবুংঙো!

ননাই ঐদি কলমনি;
নংনা কলম পায়বনি।
নংনা নিংবা তাকপনি,
ঐনা ময়েক তাবনি।
ঐনা করি খঙগান
নংনা তাকপা নত্রদি!
কলম পায়বা নহাকপু
ঐনা কাউথোকউববু
করিগীনো খঙদেনে
'ঐনা' 'ঐগী' নিংলুইনে
মীঙোন্দস্থু হায়রক্লইনে
ঐনা ইজে শারুইনে।

শৌয়েং লৈপুন

লাইরিক্তুস্থু থারুইনে
ইবা 'ঐ' নি নম্মুইনে।
ঐ অসিখু কনানো
তাকপিয়ুনে ইবুংঙো।

---

## "শরৎ থাবল"

শরৎ থাবল অহংবী
অউ' পুক্লিং হুরিবী
লুপাই মহি চেল্লিবী।
অহিং লৈরাং তনৌবী
মপৈ মপৈ নোকহনবী,
অহিং চেক্লা খোম্লৌবী
খোইথুম্লনা খোংহনবী।
প্রকৃতিদি লাইরেম্বী
খোংনা মেংনা নিংথিবী
পুকনিং মকা লামহনবী
হরাও মখোই কাহনবী।
মলয়াগী নামিবী
হৈনম লৈনম পুরিবী
তপ্প ইংনা হুম্লিবী

মহৌশাগুম শিংলক্নি
জীবই হকচাং য়ৈররি
থম্মোয় মকা লামহল্লি।
কদাই ঐদি তঙোবী
নংগী শকলেন লোইনবী
প্রকৃতি ইমা উবদি
বৃন্দাবনগী বনমুংদা
নংনা ইরি চেনখিবা
হীরাই থাকল কংখিবা
লুপাই কবোক চায়খিবা,
বৃন্দাবনগী ফজবা
কৃষ্ণমক্না উবদা
পুকনিংদবু পেন্দুনা
রাস শান্ননিংহুনা
যোগ মায়া পাম্বৈনা
বাঁশী তে'য়না খোংহুনা
গোপীশিংবু কৌখিবা
নিংশিংইদো পুকনিংদা।
মুনি ঋষি খিবিক্না
মীওইবনা ন্নারবা
তপস্যাবু পুহুনা
মাবু খিবা ফংত্রিবা

তাইবং মপু কৃষ্ণনা
ব্রজ গোপী খিবিক্তি
অপান্নবা কৌবিখি ।
কদাই ঐদি তোল্লবা
কনাই মতেং লৌরগা
গোপীশিংগী খোংগনবা
মনাই নাইথাং ওইজবা
করম্ববু মপোক্তা
লৈপ্পমকপু ফংগবা !

---

## "খুয়া খাদা চংজরি"

অয়ুক মুংথিল অনিদা
থবক শুবনা রায়বা,
অহিং তাইবং পোথাবা
মংজোই মংগ্রেম্না তুমত্রবা
জ্ঞানগী লম্বী খিরবা
জ্ঞানীসু ওইবা মীওইবা
ওনশিন্দ্রদি নঙোন্দা
তাইবং ঈপাক্তা তানরি ।
লাইগুরুনা তাকপীবা

লম্বীছদৈ লেওজত্রবা,
ভক্তিনস্থু লূরবা
মনাইশিংগী থম্মোয়নুংদা
মণিগী থাউমৈ ওইবীবা।
নংগী নশক নওংদি
মহাক মহাক্কী পুকনিংনা,
লিংখৎচবা মুরুতি
মনাই ভক্তগী থম্মোয়দা
যো দোকপিরকই নহাক্না,
কবি পূম্বনা হায়নরি।
পূম্নমক্কী মফমদা,
মন্নুং মপাল অনিদা
নং নথন্তনা লৈরগা,
জীবশিংগী ফনবা
শীনবিরিবনি নহাক্না,
'খঙবস্থু ওইরি অপূম্বা।
অতুদি জীব খুদিং
অরাম্বা খুভম ফংলত্রা?
নংগী থৌজাল নত্তনা
কনাস্থু ঙমদে ফংনবা।
পেনবিবদি নহাক্না
জীবশিংগীবু মফমদা
চপপু মান্না ঊায়বা

অহুতবু পেনবিবনি,
হায়নরিদো পণ্ডিতশিংনা।
ননাই ঐদি ’পঙবনি
করম্না ওম্নি হুংশিবা
কমদৌনা উনি মান্নরা!
পীনবিয়ু ননাইদা
পুকচেল শেংনা শোঙ্গবা
মহাক্কী মিংলেন অথুম্বা
পুন্সি পোলোয় মতমদা
হ্ৱারববু জীবনা
নংগী কোলোয়দি অথুম্বা
নিংশিংজবা শোঙ্গবদা,
মপোক কয়া কয়াদা
তৌরকপা পাপ কোক্নুনা
মায়ানবু শোকওমদা
নখোঙ থম্বালদা চিংশিন্বা!
নংগী থুয়া থম্বালদা
চংজরি ননাই নাইথাংনা।

---

## "ৱাকচিংগী লৈরাং অপোম্বী"

রাকচিং থাগী মতমনি
মলেম থক্কী উনলেম্মি
উনালক্কা লোৎলিবী
পোমশাৎনবী লৈরাংনি।
মালং' লিরি হুম্লকলি
মুনা মুনা য়েংলম্মি।
শীঙেল পোমশাৎনবকপী
ঈরাং মশক খণ্ডিব্রী,
উম্মা তোয়না য়ৈরবী
তাইবং মশক উনিংবী
মপুই খুয়া য়োনিংবী
থম্মোয় তনিক তনিকলি।
মালংবা তোয়না হুম্মি
লৈরিক পিয়ু নিরক্লি,
থোইমু ঙংনা পাইরবী
লৈহী ভিক্ষা তৌরবী।
মনা লক্কা লোৎলিবী
লৈকা ফম্মা শাৎত্রিবী
জগৎ মশক খণ্ডিব্রী
ইকাইথীবী লৈরাংনি।
খুদোংথিবা মরক্লি

থম্মোয় ত নিক তনিকপী
উন্না ইংবা ঙমদ্রবী
কুচু কুমেন থোকত্রবী
মপুই থোদা ইন্নিংবী
মতম থেংনা পোমশাৎপী
ন্নানা ন্নানা শাৎচরি।
ইমাই শকলেন য়েংজরি,
কোয়ৌ থাজ খুরুমলি
মালং' ফৌরোয় ইঙ্গুরি,
খোইমু কয়া পাইররি
নাপ চিক্লা ঙংলরি।
মতম' মখা পোঙ্গবী
ন্নানা ন্নানা নোকচবী
কপ্প কপ্প লৈরাংবী
মাগী মতম লোইরবী
তিংখং থক্তা তারবী
চিঙ্গান অনি কংলবী
কনানা য়েংবিদবী
ওন্না থোইনা খাংলিবী।
মালংবা লৈরিক খোমজ্রি
খোইমু খোইহী থিন্নজ্রি
শেঙ্গী মপু নত্রদি।

মচাই মতৌ উরক্লি,
মিংকী পীরাং শীম্থরী
মচাই থক্তা থাদরী
পিক্ল' মরিক অমদি ॥

---

## "উমহনবিয়"

নংনা থাহনবা গোলাপতো
এৗনা ঈশিং চাইজবদো
পোম্মক্লেদো ইবুংঙো ।
শীঙেল মশকপূ উদ্রিবৈ
লৈরাংবু মানা লোৎলিবৈ,
পুকনিং অনি লোংদেদো ।
কন্দাই ইবুংঙো হৌজিক্তি
লৈনা লক্তা লোচ্চরিবী
শীঙেল রাখন্দা লুপ্লেদো ।
মতমগী মুংশিং অকনবা
অখাক অরাওগা লোইনবা
লাকথিমিদো ইবুংঙো ।
মথোং কারককপী শীঙেলগী
লৈরাং লৈখোক্তা চিক্কনবী
তিনবিরেনসু লৈরিদো ।

পুম্নমকসিগী মরক্তা
নবাই ঐদি তোল্লবা
কম্না লৈপু ওইগনি।

শীভেল মানা শাচ্চরগা
নংগী থুয়াদা য়োৎহনবা
ওমহনবিযু নবাইদা।

---

# "কনানো ?"

ঐনা লাওরগা
লাওরকপা,
ঐনা কৌরগা
কৌরকপা,
ঐনা হংলগা
হংলকপা,
নংবু কদায়দা
লৈরিবা ?
লোৎলগা নখোন
তাহম্বা,
তাইবংদা করি
তাকলিবা ?

পুন্সিগী মীতৈ
তম্বনা
নহাকী করি
কাম্লবা ?
অচিকপা তুরেল
মপান্দা
চীংয়া তময়াদা
চৎলগা
ঐনা হায়থিবা
হায়রকপা
করি মতৌনো
খুঙদরে।

মীনা লংনবা
শাওনিংই,
নংনা লংনবা
পেন্নরি।
নংগী মরমদা
কুইরক্লে,
খোঙ্গুল লিরগা
পাউহঙ্গে।
নংবু নথন্তা
ওইবরা ?
খুদিংগী পেন্ন'
শীল্লিবা
নংবু লাইবেন্থী
ওইবরা ?

জাতি বিজাত্তি
খাইদনা
নহা অহল্লি
থিদনা
মী খুদিং শিক্ষা
পীবরা ?
'মী খুদিং মান্নবা
মুংশিবা
ওইজবা অঙম্বা
থাদোকপা।"
নমিং 'খোম্থাংহন'
খোল্লগে
লাল্লস্থ তাকউ
লৌজগে।

———

## "থেংতক কারকপী ছাত্রি"

খোঙনাং মখোংদা য়াকাবা' লমলোং লমথাই খুন্দিম্বা,
জাতিগী য়ুম্বী ওইদোবা নচন নচা য়োকতোবা !
থেংনা কারকপা মুজানি ঐবু লংনবিগনু
চেন্না চেন্না চংচবী ঐহাকপু পলহনবিগনু।

ঐহাক্তি লাইরবীনি গাড়ী লৈজবা ওমদবী
পন্থৌ লৈত্রবা ঐনি ইমা লুখ্রানা য়োক্লিবী।
চাক্তি ফীনিবী পলেমনি মতোমতবু ওায়জবী
ইনাগী মতেং পাংজবী লাইবক থিবী নচম্নী।
থেংলবা অহিং মমৈফাও তরেং মোইথাপ নাইরগা
কাকথোং 'হানবদা হৌত্না পাজে পারা ফানবা।
লাইরা চরা থোংলগা ইচেম ইপুরা চারগা
স্কুল হৌবা নংনবা চেম্না লাকচবা নচম্নি।
ইপিজালক্তা তিন্দ্রবী ইখোঙ থাংবা থোকত্রবী
নচনবু লংনবিরগা রা-রা লাওনা নোকপদি
মতম কুইনবু য়াগনি খঞ্জদেদো নচনদি,
মীওইবগী মপোক্তি মতমগী মখা পোনবনি।
মতমগী মখা পোনবনা অকন অথৌ তূমখরি,
মুংওাই য়াইফ মাংনখ্রি অহে-অশিংস্নু থুপ্পখ্রি।
থিংবা ওম্মোইকো পাঙ্গলনা খুদাং তৌরা চাওবনা
শোয়দে তকসি শোল্লনি অরা ঈপাক্তা তাম্ননি।
চৎলিবা মতম অসিদি হাইস্কুলগীদি থমখিসি
কলেজমক্কী থারুস্নু চংফম খংদনা লৈনরি !

x x x x x x

লৈরক খুল্লক লাওখোংবা উখোং রাখোংদা খুনদিম্বা
ঈকাইথিবী মুজা ঐবু য়েংতা ওইদা চপতুনা
খোংথাং থুরৌ চেলহম্বা কাম্নবা করি লৈরিবা
নচনবু ইকাই পিবা তোংজবা করি ফংগবা।

মীওইবগী মপোক্তা মখোং কারকপা মতমদি
মমল য়ামগ্রবনি, পুন্সিগী লুরবা মভাংনি।
হৈতনা অহৈ শাবিন্নু 'হাংবা পাত্র তাগনি;
পলেম পম্থোনা কোল্লিডৈ চংপিহোঁ লম্বী চুম্না।
খন্থববু তম্বিয়ু ইমাগী মচা ওইবিয়ু
লৈশোনবু চাওমদবা তুংগী লম্বী ওইবিয়ু।
পোকওমদ্রবা মপোক্কী যৌবন, তাংলবা মতম্লি
অয়েম্বদা মাংখিনি কাংথখাং ওইনা তোকহৌনি॥

---

## "কর্ণনা মমা কুন্তিদা"

মচাবু মমানা মুংশিবা
ঈশ্বরনা পীনবা লম্নি।
লাইরঃ' ইনাকখুনবা খায়দনা
মচাবু ওইবা খুদিংমক্না
মমাগী থোজাল ফংনরি।
মচা খুদিংনা ফংফম থোকপা
ইমা, করিগী মাংহনথি?
সতীগী লুরবা গর্ভদা
লৈজরম্লবা নচানা
রনদা জঙ্গলদা লোত্তুনা

লমহুইগুম করি' লৈহবা ?
ইমানা পোকপীবা ওইরগা
অর্জ্জুণ কর্ণগী মরক্তা
করিগী য়েংথিনহনবা !
ইমাগী শেংলবা গর্ভদৈ
থোকচরকপদা ঙাইরিবা,
তোল্লবা নাওরাস্থ ওইরিবা
মমাগী মতেং নত্তনা
য়াইবা থরায়স্থ হিংজনবা
পাঙ্গন লৌশিংস্থ চেন্দ্রিবা
পোকপদা ঙাইরিবা নাওরাবু
বনদা হুন্দোকপা ঙম্ববু
লৈরম্ফম থোকপ্রা খঞ্জরুবা
অকিবা ওইরি কর্ণদা !
অত্থম অত্থম ওইনমক ইমা !
ইমানা ঐ' পোকপিত্থনা
তাইবং ঈপাক মশক উজরে
মপুগী লীলা য়াওজরে।
ইপাঙ্গন ফনা কল্লবস্থ
খুৎশু খুৎলাইদা ফাওর'স্থ
ইমান্ন' মীরক তিল্লকপদা
পন্দেম মশকস্থ খঙদবা

হান্নবিরকত্রা খল্লম্বনা
নচাবু ইরুপ্লুক্তুনা
মতম খুদিংদা লৈহন্বা।
মসি ফাওবনা পেনবিত্রবস্থ
করিনো ইমা তাকপিয়ু ;
ওমজবা লমন শিংজরমগে
ইমাই খুয়াদা কচ্চগে।
X X X X

( ফরে ইমা ! )

নচাই খুদোম্বী কচ্চরগে
নয়াথংবু ডাকচরগে।
পূন্নমক অসিগী মথক্তা
সূত্রগী মচা ওইত্নুনা
পঞ্চ পাণ্ডবকী মঙ্গলত্ববু
অহিং মুংথিল অনিদবু
তাইবং মপুগী খুয়াখাদা
নিজগে ইমা তক্তনা।



# "ওক্তবগী মপা"

ওক্তবা মচা পোকপদি
চংনা নরক তাবনি।
তুম্বা হিপ্পবু চংদেদো
মুংনাংনবা রাখলনা।
চাফম থকফমস্তু খঙদেদো
চিন্তাগীদি মৈশানা।
মপা মমাদা নত্তেদো
ওইরি সমাজে অমাংবা।
সমাজগীদ নত্তেদো
দেশকী ওইবি চাওথবা।
চিন্তাগী মৈনা চাকপদি
শিড্রিববু চাকপনি।
চিতাগী মৈনা চাকপনা
চাকদুবনি অশিবা।
হিংলিবা মীবু চাকপদি
করম তৌনা খাংগনি!
নংগী মায়া অঙকপনি
ওক্তবদা মমুংশি!
খাদোকপা ৱানা থোক্লবা
মচা মুংশিনৱিবা
করম তৌনা খাদোক্নবা

নংগী খুরাদা চংগবা।
খঙবা ঙমদ্রেনে ইবুংঙো
নংগী মায়া করিনো ?
X X X X
করি উপায় তৌবিনি
চংফম লৈতে ঙাবগী।
নংনা ঈপাক রাংমদনি
ঐখোয়না ইরাক্লবনি,
ইখুং অনি লোয়রজরি
খুয়াখাদা চংজরি।

---

## "গঙ্গা"

বিষ্ণুগী চরণ শেংলুবী
ব্রহ্মাই কমণ্ডলুদা লৈরুবী।
অশেংবা মফম থিরুবী
শিবজীগী জটাদা লোৎলুবী।
জীবগী পাপপু কোকহনবী
ঈরোং অহুমবু ফাংনা চেল্লিবী।
স্বর্গদা মন্দাকিনিনি
স্বর্গবাসী পুম্নবু শেংবিরি।

মৰ্ত্তদা ভাগীরথানি
মৰ্ত্তবাসী পুম্নবু শেংবিরি।
যোগী ঋষিদি কয়ানি
ইমাগী খুয়াথাদা চংনরি।
নংগী তোৰ্ব্বান্দি 'শেংবনি
যোগী ঋষি পুম্নৈ থুপ্নকমনি।
লৈহাও চেম্বী মপান্ন
পৃথিদা মান্নবা লৈতবনি।
নংগী খোমলাং অমৃতনি
কোক্করি খোম্নাংবা জীবশিংগী।

---

## "অহানবা উনখিবদগী উখিদবা থোইবী"

ইতা সেম্ন অচানবী, চিংউ মশক উদবা
কুমজা মরি শুরক্লে নোংমা নোংমা হৌখিবা!
পুলৈ কুচু লময়োবা রাশি শরীক য়ানবদো
করম তৌনা কাওশিবা মাগী চেংলৌ শকফমদো।
ইতা নংবু তাবরা, ঐগী ইমিং মিংশেন্দা
মাগী পূণ্য চেন্নবা মূৰ্ত্তিহনা তাথিবা
হৃমিং অহুমক্তদা ঐগী থম্মোয় কুঞ্জদা
আশা-লতা মরুবু যতন তৌনা হুনখিবা
ময়োন য়েম্নৌ চোংহনা মরী নৌনা চংলকপা

য়েচ্চনিংবা পামেলনা লমদম তাম্না হৌথিবা
খঙহৌদনা মমথিবা লমদমদগা ওইথিবা
নৌনা লাইবক থিরবী আশা-লতা উরীনা
নিংবা কায়বা মৈশাদি হম্না হম্না লাংতুনা
ওন্না থোইনা খাঙলিদো হৃদি লৈকং মথক্তা।
মাগী চেংলৌ উদবা ইতা মতম কুইরেদো,
মুংশি মপাও তাদবা ইতা মুংশাংঙক্লেদো,
পাম্মু ফীমন কোন্দুনা কোরৌ কয়া লেনখ্রেদো,
উবা ফংদা তোকখ্রদা মওন মওন খল্লেদো!
নোংখোং শেংবা চিংথৈদা অয়ুক থোকপা কোরৌবু
শরৎ অহিংদা থোকপা পূর্ণিমাগী থাজবু
মুংশি চেংলৌ শকতমজ কোরৌ কয়া লেনববু
খাইনা-মৈদা চাকখৎলি ঈংবা লৈতে করিন্নু।
ঙসি উদ্রা খল্লুবা অরাবদা হাপ্লিদো
হয়েং উনি নিংউবা মৈদা ঘীবু হৈরিদো।
ইতা সেম্নু 'অচানবী, কমদৌসিগে ইতারোই
পাম্মু চেংলৌ শকফমদো উথ্ররোইদ্রা কমদৌনি।

× × × × × ×

শীঙেল লৈচন রাংলক্কে নতাই পুকনিং লৈকোন্দি
মাবু উরুদপীদি 'রাংপা মক্তা ওইরুরি।
"মোইরাং লৈদা পোম্লন্নু মালেম শীন্না শাথত্তোবী
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা শীঙেল তাংনা পোক্লাংপী,

মপন নিংথৌ ওইরিবা যুবনবু পোকপদো
মুংশি তিম্না চীকপনা রানা কপ্না থাংজিদো !"
X X X X X X
মবেম্মগী অরাবা ঙাইহাক পুঙ্গোই কোকুবা
মতা সেম্নু খুম্মকই—রারুগম্নু ইবেম্মা !
নতা সেম্নু লৈজরিয়ে, ম্নানাক্তা মবেম্মা,
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা সেম্নু ঐনা থিবদা
করিগুম্বা খঙদ্রবা চিংঙু থাংজিং লৈরিদো ;
মাগী থৌজাল লাকনি থাংজিং চরণ কোনবিয়ো।
অরা মুংঙাই অনিদা মপু কাউদ' মীতনা
মুংশি ঙমথে য়ৌনখি মিংচৎ উরোং খিন্দুনা ।

---

## "থরো"

থরো কৌবী অহংবী থম্মোয় মকা লামলুবী,
অহিং নিংথৌ থৌগনবী
হিক্লা হিক্লা কপ্লকলি।
অহিং চুপ্পা থোগনবী থাজ শকলোন চুপলুবী;,
মাগী মতম লোইগ্রবী
মমিৎ তপ্পা উইশিনগ্রি।
থম্বাল কৌবী শকহেনবী লৈরাং লক্তে অথোইবী,
অহিং চুপ্পা কপলুবী
মতু মমান খিংঙকলি ।

চিংখৈ ফীহুপ হুল্লক্লি কাক্কী লম্বাও শীনক্লি
মশেক মঙাল ফাওরক্লি
কোরৌহম্বা থোরক্লি।
মকা ফম্মা নোকলক্লি ইন্দ্রি পুম্বা হাংজরি,
'ন্নাবা পুম্বা কাউজরি
ঙুংঙাই পাক্কা লুপচরি।
ঙুংঙাইবা মপান থাদেদো অন্নাবা মরা চত্তেদো
'ন্নাবা অমসুং ঙুংঙাইবা
লোইনা-লোইনা চংলিদো।

---

## "হৈনৌ পাম্বী অনি"

মগুন চেনবা পামেলগী
মরক্তসু য়াওরিবী।
খনগৎনবা উহৈগী
কাংলুপ্তসু শিংথাবী।
নংগী নপাল তঙাংবী
খোবোম থন্না উমজবী।
কোকিল কৌবী চেক্লানি
খোম্থাং মঙা গুজবী।
নংগী ননাসু অশংবী
মঙ্গলগী মশক ওইরিবী।

নচিন ননাও অনিনা
থেংনা-ঙানা হৌবদি
তোম্বিসনা দেবীগী
মতারোইবু ওইবরা ?
অমং য়াইথোং কুমগ্রবী
লাইরমরেন্দা তিনগ্রবী
নতারোইবু ঙাইহনা
মুংশিৎ-মুংশা খাংব্রা ?
নোঙ্গাগ্রবী নতারোই
শিদ উরোং খিল্লম্বী
মুংশি কোলোই তাবনা
থম্মোই মকা লাম্বরা ?
হাদ পামেল অনি-ও
অথাং কনবী ওইরিবী।
নতাই উরোং শংবদা
নথোদাংসু পাংলিবী।
নংগী নহে অথুম্বা
ছাত্রশিংদা পিজরি
নংগী নরুম অইংবা
জীব কয়া থুপ্পরি।
মনঙ্গন্দা তোংলিবা
ছাত্র কয়া পুরিবা

অল্লা অনা খঙদবা
একাগাড়ী কয়ানা
নং' নরুমদা চংজরি
অল্লা পোত্থানজরি।
পংলবা ছাত্র কয়াদা
নিংথিবা শিক্ষা পীবিরি।
অথাং কনববু ওইবনা
মথৌ নিংথিনা পাঙনরি
অঙম্বা স্বার্থ থাবনা
মাংত্রবা লম্নি তাকপিরি।

---

## "থাদোকহনন্নু"

ঐনা করি খংগনি
নতিক নংগী অচৌবা,
নগুণ নংগী অপাকপা!
'হবু ঐনা পামজরি
নতিক নগুণ অপাকপা
শৈরাংজবা, অঙম্বা।
নংগী থৌজাল নত্তনদি
ঐনা করি খঙগবা,
শৈরাংজবা ঙমগবা!

হুংশিহৈবা নহাক্নি
থাদোকহুনহু আশাদং
পুন্সি পোলোয় ফাওবতং ॥

———

## "থম্বাল"

খোইমু—হে থম্বাল নংগী পূর্ণিমাগী মীনোক উবদা
কনা খোইমুনা মপুক্নিং লাংতক্করোইদোবা !
ঐনা পাইজবিদো কোযনা কোয়না ঙংনা ঙংনা,
নংনা নঙক হাইরি থেক্ল থেক্ল নৌন নৌন,
কাইদোং ফম্বাল লাংজফম লৈজরিরোই থন্দ্রা ?
থম্বাল—'খোঙ নাম্মনা লেপ্পনা লাইজ ঈপাক তাংজবী
মালংবনা হুম্বনা লাইজ ঈপোম হৌহনবী
ঈপোম্নবু থেঙবনা শীঙেল তনিক তনিকপী
পাঙ্গল শোনবী ঐহাক্কী ঈরাল লৈত্রা থগ্গরি।
নামিবনা হুমহুনা লৈরিক হুগে লাক্লরি,
নংনা অমুক ঙংহুনা লৈহৌ থকে হোৎনরি,
ঐগী রানা তোল্লবা পুন্সিসিগী মমুংদি
রানা ফংবা কোরোহন খুকমজগে থৌরাংলি
নখোয়না অমুক ঐবু রাবৈ থক্তা রাহল্লি।
নামিবা—হে থম্বাল অইংবী। নংগী ফনবা শীল্লিবা,
ফজবগী মথক্তা ফজনবা হোৎনবা

খোংপা নৌবৈ মথক্তা মেঙনা নিংথিজহনবা
নামিবা ঐ 'ইথক্তা নংনা নিন্দানবনা
শীঙেল নংগী তেংজবা করিবুদি লৈরিবা!

খোইমু—হে থম্বাল শকহেনবী! খোইমু ইন্দবা লৈরাংদি,
থুয়াখাদা য়োথিবা য়াওবরনে মপুগী?
লৈরাং চীনি চম্পাদো ইংনা মনম মুংশিবী
খোইমু ইন্দ' মরমনা লুপ্রশিংদা শীঙথারি।
লৈরাং মশা মহাকসু খোইমু রাখম্না চাক্লবী
মৈচাক থাংবা রাবনা ঈশিং তোয়না তিংনরি।
নংগী ফনবা শীম্নগা অহোইনহুম চৈবিরি;
চৈনা চৈনা মুংশিরি লৈহৌ ভিক্ষা নিজরি।

থম্বাল—শাওবিগনু খোইমুও, রারোবিনু নামিবী!
ঐখোয় অহুম পূম্নগা পুক্লিং অমা ওইরশি,
তত্ব অহুম্না পূম্লিবা মাই খোদা পাঙলসি,
মহাক্তনা পেনখিবা জীব থুদিং পেম্নরি,
ঐখোয় থুদিং কনানো মহাক্তনা ওইবনি।

# "সতী থোংনাং"

মৈতৈ মুজা মরক্তা
খনগৎপদা য়াওরিবী
সতী নংগী লমচত্তা
মীওইবগী রাখল্লা
চংউববু ওমদবা
লামউবস্থু ফংদবা
রসগী ওমথৈ রাংমদা
য়োথিবগুম ওইরবা
মওং অমা য়াওরিদো
মতৌ অমা লৈরিদো।
নংনা রাশক ওাকপদা
সতী ধর্ম্ম কনবদা,
নংনা ওম্বা শক্তিদি
মীওইবনা কিন্নরি,
তাবতদা ওক্লরি
পাবতদা কপ্পরি।
কিবৈ মুংদা কিবদি
ওকপৈ মুংদা ওকপাদি
সতী নংদি কন্যানি
মথোৎ কারক্লিবিনী।

খুমন নিংথৌ কংলৈদা
রাশক পৈরেনখিবা
নংগী য়াইবী ওইজবা
মুরা পাখং অমনা,
মাগী পুন্সি লোমহনা
অমং য়াইথোং কুম্বদা,
থাদোকপদা রারবা
মপোক 'মুক্তা ওনদবা
সংসার মায়া থাদুনা
মখোঙ থোংনা লাকুনা
নশাবীগী চিতাদা
নংগী য়াইবী কংখিবা
অঙকপনি 'ঙকপনি
নংগী ত্যাগ অঙকপনি ॥

---

## "তেরাখাদা থোইবী"

মোইরাং থোইবী শকহেনবী
মুজা লক্কে অহেনবী
মৈতৈ সতী অথোইবী
জাতি মৈরা ওইরিবী !

নিংথৌ কোন্দা পোমশাংপী
লাইরা কোন্দা শাংলুবী !
নংগী লিচং অচুম্বী
নংগী শাজং নিংথিবী
মূংপা লৈত্রি মালেমদা
নোংমা নোংমা হেল্লিদা।
নিংশিং নিংশিং কপনিংই
খল্ল খল্ল থাগৎলি।
ফজ্রেদকো শকহেনবী
নংগী রাঙাং অথুম্বী
নিংথিদকো অহংবী
নংগী মিৎয়েং অল্লবী ।
নংগী শাথেক অনৌবী
মীগী পূক্লিং শুম্মৎপি।
নংগী খুৎহাই ভনৌবী
তাইবং মিৎয়েং হংহনব্রা
রাশক পরৈ অচেৎপী
ধর্ম্ম কায়দ' চৎথিবী
কনাবুস্রু শাউহন্দে
সতী ধর্ম্ম কায়হন্দে।
নংন্না লোই কারকপদা
কুম্বী তেল্লা থাঙ্গদা

চেনবা মাত্র মতমদা
কোংয়াম্বগা ফম্বদা
সতী ধর্ম্ম ঙাক্লবা
চৈশু মরক খলহনবা
করি হায়না শকসিবা
করম তৌনা থাসিবা।
কুম্বী তেরা থাহুদা
'হৈতে হৈতে' কৌবদা
তাওজীং লম্মন খুল্লম্মী
নোংবান পুক্লিং হরাওই।
য়াঙ্গোই তোংনা চেনখিবী
হৈতে নোংবান কৌরম্বী,
রাঙাং শাঙাং ফজবী
মিংলৈ নারৈ অহংবী
নোংবান পুক্লিং শুস্নৎপী
থম্মোয় ইংনা থনম্বী
মহোশা কৌবী লাইরেম্বী
নিংথিবা শক্তম পুরিবী;
পঙলবা নারা ঐহাক্লা
থম্মোয় কুঞ্জদা শাৎলম্বা
অফংবা লৈরাং হেক্লুনা
পরেং মচা'মা লেংলগা

থুয়াখাদা কচ্চবা
লৌবিয়ুকো হরাওনা।

———

## "থোইবীগী……"

মলয়া নুংশিৎ নামিবা
চিক্লা নাপদা হুম্লিবা।
কনাগী মপাও পুবনো
নাপবু চিক্লা হুম্ববো!
চাক্লবা কালেন নুংশাদা
থবক শুরিবা মীওইদা
নহাক্লা হুম্বিরুবদো
পোত্থাজববু ফংজেদো।
ঐঙোন্দদি নামিবা-ও!
নংনা ইংনা হুম্লকপদো
থম্মোয়নুংদা চাকহল্লিদো
অরাবা মথোয় হাপ্লিদো!
লাইর শংদবু য়াহিপ্পা
মচেম্নতা নাওকোঙবা
শেগায়বা চরৈ নমখাংবা
'মম্বনা ফীরেল ওইহনবা,

চরা নামতা চাবনা
য়াইবী থন্নান্নবু লেন্নবা
পলেম' অমৃত চেন্নবা
নুংশি মিক্লৌ তারকত্রবা
পন্থোগী মিংয়েং অরুবা
পুন্সিগী উবা ফংদ্রবা,
মোইরাং মিংচং কোংগদোবা
থাজগুম্না ভানগদোবা
পুলৈ কুচুনা লময়োবা
রাশি লৈবা শকহেনবা,
মোইরাংবু মিংচং হাপ্তোবা
কুইর কুইর নৌদোবা
ঐহাক্কী থন্নায় ওইজবা
মপাঙ্গল কনবা কাওফাবা
থুমন ন্নারী লিবিয়ুনে
নোংয়াই মপাও তম্বিয়ুনে।
ফদিনা য়োম্বা মণিনি
ফন্নানা কুপ্পা সনানি।
নোং মপানগুম্ব নোংবান্নি
মপান শারগা কেনখিনি।
খম্বন চাওবৈ পাইজবনি
মকুমং মথা নত্তবনি।

মতম নত্তনা পাইবদি
লৈচিন নোংকাই ওনখিগান।
তম্বিয়ু মপাও মহাক্কী
তম্বিয়ু মপাও খুমনগী।

---

## "খম্বাগী......"

ওঃ ওস্থোকপনিদা!

খম্বা ঐগী মপোকসে
তোন্না পোকখ্রেদা ঐসে!
পলেম পম্থৌ লৈতরে
ইচেম 'মত্তা মঙাইরে।
পেরুক্কা চউয়ল্লবা
ফন্দীনা ফিজোল ওইনবা
চরু ফমুংদা য়াহিপ্পা
লাইরশংদা চাউরকপা।
ইচেম্না কোইনি নিবগা
চরা নামতং চারগা
য়াইবী থরায় লেল্লিবা;
পম্থৌগী রারক অচেৎপা
ইনাকোংনা তাদ্রবা,

## শৈরেং লৈপুন

মচাগী প্রেমগা লোইনবা
পল্লেমগী মিৎয়েং অইংবা
ইমিৎনস্থু উদ্রবা !
ইমা শক্লবী ইচেমদি
মুরা মথোং কারকপী,
মোৎলবা চরৈ নমথাংবী

মমান্ন’ মীরক তিস্রবী,
চীংদা কাহুনা শীংজনবী,
ফুমিৎ কয়ানি থাংখিনি’ ?
পল্লেম পম্থোস্থ লৈতবা
লাইর মচাগা ওইবনা
থোংজিন অপুম্বা থিংগ্রবা
চংজকম লৈত্রবা ঐনা
ইচেমগী ’ৱাবা য়েংহুনা

থাবুম কয়াবু লৈখিনি !
মাইকৈ পুম্বা মমথরে
লম্বেল পুম্বা থিংখরে ;
তোল্লিদকো পিতৎপা
ৱাগ্রেদকো ’মাতৎপা ।

অস্থুক ৱারিঙৈ মতমদা
কাক্তাগী ফুংশিৎ নামিবা
হৈনম লৈনম পুরিবা

ঐবু 'ৱাবা পিররি
মৈচাক অমুক হাপ্লরি।
যুবরাজনা পোকচবী
নিংথৌকোন্দা চাওরবী
মোন্তেক মোন্দুম ওন্নবী
থোংনা নৌনা নিংথিবী,
লায়র ইশুং লাংগীনি
কবো লোইদা চংথিবী।
হুংশিহৈবা নামিবা
মফম পূম্বা শীল্লিবা
মুজাই নৌববা হকচাংদা
হুম্বিরু তপ্প তপ্পদা।
ঐদি লাইবক থিবনি
ইরান হুংগী ৱাবনি,
ঐঙোন্দদি হুম্বিনু,
মুজাই ৱাবা কোকপিরু।

———

## "থোৌদা কায়দবী"

ওলাংথাগী হুংশাদি
খাংবা ৱানা থোক্লরি
উরুম ৱারুম থিনরি

খুত্তা হুমায় পাইনরী
মরানয়াইদা থুপ্নরি।
চংপা চেনবা ঙমদবী
পামেল উগী কাংলুপ্তী
মপুই থোঁদা পুজ্রবি
মনা মতোন খুইথরি।
'রাবা মপোক ফংলবী
লেপতুনতা লেল্লকপী
লাইজ ইখোঁ লাংনিংবী
মুংশিং নিংখোঁ নিংঙক্লি।
কনা হন্না উদ্রবী
মাগী ধর্ম্ম কায়দবী
মপু নিংবা মনাইনি।
কালেন লৈচীন পাইরক্লি,
মরুম লাংবা ফংজরি
ঙাইহাক ঈচীক হুঞ্জরি।
পস্থো নোংথক য়েংলক্লি
নোংবু তোয়না কৌরক্লি।
ইঙাশী নোং খোংঙক্লি
মাইকৈ পূম্বা শীল্লক্লি
লাইজ ঈরিক খিকপিরী
মনা মতোন তেকখংলি।

মহক্ত মরোং য়াম্লক্লি
মপুদবু কচ্চরি।
থম্মোয় মকা লামজরি
হায়ন-হুম্না নোকচরি
নিংজ মহক্ত য়াঙ্গরি।

---

## "বসন্তগী শক্লক অমা উবদা'

বসন্তগী মতম্‌নি
হৈপাল লৈপাল নিংথিরি
উরী রারী তনৌরি।
পোমশাংনবী মাধবী
উরী মতোন তনৌবী
কোনশিঙ্গরি তমালদা,
নোকমিজৈদো পামেলনা।
ঋতু মুংশিং নামিবী
হৈরাং লৈরাং চন্দনগী
মুংশি' মনম পুক্লবী
তপ্না তপ্না হুম্লকলি
পামেজ তমালদা য়ৈররি।
মাধবীদি অনৌবী
নাম্থিনি কিক্লবী

কোনশিঙ্গেদো তমালদা
য়েংশিঙ্গেদো পামেলদা।
পামেল তমাল মুদ্রংবা
মুনা রাশি লৈজবা
মাধবী মতৌ উবদা
মুংশি পীরাং শীখ্ৰৈদা !
মেঙলবা লৈরিক মাধবী'
মুংশি পীরাং তমালগী,
অমৃত অনি তিন্নখি
মুনি পুক্লিং শুঙ্কাংখি।
বসন্তগী নিংথিবা
পিক্ক' মচেৎ অমনা
মুনি পুক্লিং শুঙ্কাংপা
করিতবু হায়সিবা
কবিশিংগী মফমদা।

---

## "হে বসন্ত"

হে বসন্ত, বসন্ত !
নংগী নগুণ শকনিংই,
ঙমগত্রা খঙজত্রি।
যাতি যুতি মল্লিকা,
মাধবী সেফালিকা,

থরো থম্বাল থারিকথা,
নংগী নতা ওইবিনা
নংবু চিংনা য়েংহনা
খোইকম মোমোন তৌরকপা

হৈনৌ মপাল তঙাংবী
পঙ্গোং মপাল অঙাংবী
লৈরাং কেত' অথৌবী
নাগেশ্বর পাটলী,
নংবু কোইথি থিরকপা
মোমোন মোমোন নোক্লকপা।

খোইমু মপে মপেনা
মাইকৈ ককঙাওনহনা
কোইপাই কোইপাই পাইরকপা

নংগী মাইথোং উরগা
মুংশি ঈরৈ ঈথক্তা
তাউথজবী মুজানা
মুংশি রাখল কয়াদা
শৈরেং শৈশক ওইহনা
নংগী নগুণ থারকপা।

লৈরাং নাগেশ্বরনা
সনাই শেকপীন ওইহনা
মদন নিংথৌ কোকথক্তা

খোঁগন লাংবা উবদা,
শুমহৎখিবা নত্তনা
খোজ্জে´ খুত্তা পায়রুবা
কনানবু ঙমগবা !

ইকাই হঙ্গোইনদবা
করুণ শৈনা নোকপদা
খোইমু মপৈ মপৈনা
তুফাং খপ্পা পাইসিনবা

কেত' শৈনম তেঙ্গিন্না
খোইমু ওম্না কাপ্লকপা,
পঙ্গোং মপাল অঙাংবী
মচিন ইতুম তুম্বিবী

ম্নাইকৈ অমরোমদগী
খপ্পা খপ্পা কাপ্লকপা,
কনা মীনা ঙমগবা
খুৎতা খোজ্জে´ পায়রুবা

ঐদি কবি নচ্ছদে
মাখল লাব রুংজদে
মতাং সিদা পোথাগে
খোজ্জে´ পায়বা ঙমজদ্রে
ইতিক ইপা ওইরমদ্রে ।

———

# "পাইখ্রবা মৈতৈ কোকিল"

মতম' মখা পোনবনা
খাঙু থক্তা পাইথ্রগা
নন্দন কাননদা হৌরিবা
শীঙেল পারিজাৎ লৈসাদা
কাইদোং ফম্বালবু লাংথ্রবা !
কোকিল নংনা মালেমদা
খোংদারিবৈ মতমদা
রাকচীং গোলাপতা তোঙ্‌হনা
'কুহু-কুহু' খোংবিরম্বা।
নিংশিংউবা থুদক্তা
এখী থম্মোয় ঈপাক্তা
লাইজ ঈপোম হৌরকপা
লৈঙমজদে ফোংদনা।
মরোল শেংদ্রিবা নাওরানা
শেংলম শেংফাত্ত ঙাংবগুম
খোম্থাং শুদ্রিবা কোকিলনা
সূর য়োফাত্ত খোংবগুম
থম্মোয়দা ফাওবা শরুক্তা
পুক্নিংদা লাকপা মথৈতা
শৈরাংজহৌগে খৌরাংবা
নঙহৌদরেদো শৈরাংবা।

থম্মোয় ঈথক তেমশিনখরে
পুকনিং মিংশেল মমশিনখরে।
মুংশিগ্রেদকো কোকিল-ও
মপোকসিগী উররোইদো।

---

## 'লাইরবগী দান"

লৈজদে কৎনবা
ওমজদে কচ্চবা
নোংমগী শুরগা
অফংবা খরনা
নঙোন্দ কচ্চবা'
থম্মোয়দা ঙাল্লিবা।
'সিদগী হেল্লবা
কৎনবা নঙোন্দা
লৈজদে ননাইগী,
তোল্লবা মপোক্লি।
কংলকপা মুমিত্তা
অফংবা থোংত্নুনা
নঙোন্দা কৎলগা
থজিক্তুং থাইত্নুনা

উচেক্তা রায়াদা
ককচেংদা খোয়াদা
ইপিবু তাত্নুনা
পীজরি ওমজবা
মসিতা ওমহল্লু
তত্তুনা কৎহল্লু
তোল্লবা ননাইবু।
হকচাংবু ওমদবা
শুদবা মুমিত্তা
নঙোন্দা কৎতরে
চাদনস্থ লেপচরে।
নহাকী থোজাল্লি
নথাবু পোনবনি।
খোথোপ্পা নহাক্লি,

নহাক্কী ননিংনি । দান-ধর্ম্ম তৌদবা
খঙজদে ননাইদি ওইগদে শরুক্তা,
তোল্লবা মপোক্কি তোল্লবা ননাইনা
অঙম্বা ফীভমদা লৈরিবা ফীভমদা
তোল্লবা জীবদা লৈজগে অস্নুম্না।

---

## "নুংঙাইবা"

মপান্থোংগী হকচাংসি
নত্তবা কায়াৎ অমদি
লৈরী মীওইবা ঐথোয়গী।
হকচাং কায়াৎ অনিসি
মায়া শক্তিগী থোরাংনি,
জীবাত্মাদা শেমজিনবনি।
মীওইবনা অনিসি
তান-তানবু কাউনরি,
খঙন-খঙনসু খঙনদ্রি।
অনিসিবু কাউত্রবা,
নিংথিজনা খঙলবা
মীদো ওইরনি শোইদনা
ব্রহ্মগী মঙাল ফংলবা।

অনিসিগী অপাম্বা
কোক্তবনা মীওইবা
মায়া ঈপাক্তা তাম্বরি
হঞ্জিন হঞ্জিন্না পোক্লরি।

যোগীশিংনা পুরিবা
মীওইবনা তমদোবা
রারবা যোগ 'পূম্বা
অপাম্বা কোক্ন 'থোরাংনি,
মাংহন্নবা হোৎনবনি।

অনিসিগী অপাম্বা
কোক্লবদি নিংথিনা
মায়াদগী নাম্থোক্লে
'শিবগী রাবা কোকচরে।

কোকঙমদ্রবা অপাম্বা,
পোকপা শিবৈ অকিবা
কোক্লবদি, মতোমতা
লাকচরগনি মুংঙাইবা।

মতোমতনা লাকচবা
মুংঙাইবদি, অমাংবা
লৈত্রবনিবু লৌজরি।

# "থাদোকপিস্ন"

ঐগী ইনাৎ নচ্চদে
হৈজ্রাংনা খায়বা চাজবা।
থকচবস্নু হৈজদে
তাইবং মীরান্না পিথকপা।
হৈজ্রাং খুৎনম খঙবনি
চেল্লানা পোম্বী ওইবনি।
ইনিং তম্না পাইজগে
ঈপিজা লক্তা তিল্লগে।
লমনাইদবা মালংদা
চীংন্নুং মান্নুং কোইজরুগে।
পামেল উশা তোংলুগে
চানিংবা হৈরাং থিরুগে।
লোক্কী ঈশিং অরুবা
ইশানা থিনা থকলুগে।
বনগী তাউজিং অমুনবা
চিন্না চিক্কুনা চারুগে।
ইনিং তম্বা চেল্লাদি
পোন্দা ফাত্নুনা থম্বনি।
কপ্তা তুংবা ঈশিংদো
পোম্বী ঐনা খোইদাদে।

প্লেটা হাপ্পা হৈরাংদো
চেক্লাবু ঐনা পামজদে।
থাদোকপিরো ঐহাকপু
ইথোঙগী য়োহ্লিং থদংলু।
চেক্লা লক্তা তিল্লুগে
পোনগী থোংনাও হাংবিয়ু।
নিংতম্লবা ভারতনা
করিগী ঐবু ফারিবা,
অতোনবনি খন্দুনা
চেক্লা ফাহ্না থম্বরা ?
মীরম চেক্লা কয়াগা
চিপ্লোক্লবা ঙমজরনি।
থাদোকপীয়ু ঐহাকপু
ইনিং তম্লকপা চেক্লানি।
ইনাং নত্তে থাদোকউ
পোন্দ লৈবা হৈতবনি।

---

## "ইয়াম্বা"

লৌরাং শুবা ইয়াম্বা !
কোরৌ লৈটীন লান্সিংনা
নোংজু থাস্নু মায়োক্লা
নথৌ শুবা চংলিবা ?

নাওরা ওইবা পুন্সিদা
নোংদম মাগী থীবনা
লাইর কোন্দা পোকন্নুবা
ওইররেদো অতোপ্পা !

অসুম্নবু খন্দুনা
নিংঙমদবা রাখন্না
তমগী চেক্লা য়েংলগা
মনিং তম্বা থান্থনা
মুংখন্নবা খোম্থাংদা
"নারক শাংলক লৈখোমদা
পুঙ্গনারোই নাখন্না
পুন্সি লোম্মু তমখিদা ।"
'য়াম্বা নংনা শকললকপা
মুংগী মৈচাক ফোংলকপা
তেংথা ইশৈ তাবদা
থম্মোয় মহি চেল্লিদা !

হুমাং তানা নোম্লগা
তন্না মথেল চারগা
তাখিক্কমদা পেন্নবা ;
কুম্লোয়নবা থবক্তা
'য়াম্বা নংনা শুরিবা
মালেম লোয়ীন নত্তরা
তাইবং সেবা কৌদরা ?

× × × ×

কোরৌ চীংঙ্গা থাংবদা
চীংঙ্গা খেন্দোং লাংলকপা।
তমন্না কোরী চেনবদা
লৌচী কোয়বা চংলকপা।
লেঙ-লেঙ চংপা ফোনাদা
মালংবনা হুম্মকপা।
ন্নাবা পূম্বা কাউতুনা
মুংঙাই পাক্তা তাওরিবা।
থাঙ্গৈশেংবা নিংতম্ব
থিরুবদা ন্নাখন্দা
নহাক্তনি ইয়াম্বা।

---

## "ম্নাহল লোকচাও উবদা"

গরীবনিৱাজ মপারী
সনাহলদি শামৈন্নাং।
মহারাণী গোমতী'
পীবুক মুংগী চাদাসা
বৃনামচন্দ্র মপুগী
পানাইদবা শাদোংনি।
মনাওশিংগী লালহৌদা

থারোন চীংজেম্মহুনা

লেওশিল্লম্মী মবুংঙো
মেন্দে খুনগী খুন্দোন্দা
শীংঙেল যাতি লৈখোংদ্রা।
বৃন্দাবনগী থাজদো
পীবুক মুংদা কাউদনা,
খোইয়ুম চীংজাও পানফবা
শমলাং খোইজু লোল্লবা,
ঈংঙৌ খোইয়ুম লোকয়াদা
নোংগাখিবা স্নাহল।
নংগী কোলোয় পুন্থনা
স্নাহল লোকচাও ঙাল্লিদো।
মেন্দে খুনগী চীংন্নুবী
বৃনামচন্দ্র 'নাইন্নুবী
শীংঙেল যাতি লৈখোংদা
মবুংঙোবু ইরাংপী
যাতি লৈরাং বচ্চবী,
কাইনথংগী মতুংদা
শীংঙেল যাতি শমদা হাপ,
মপুই খুয়া ফংনবা
কুমথরকখি তম্পাকলম।
মণি মন্দির তম্নকপী

মেন্দে চীংন্নু নাইন্নুবী
সনা থোংদা থিংবিখি
নিংথৌ মনাই অঙম্বা।
তম্পাক লাইবু লাচ্চবা
সুরচন্দ্র যুবরাজ,
চীংন্নুবীগী চেংলোদো
মুন্না মুন্না য়েংবদা
থম্মোয় মহী চেল্লেদো।
মণি মন্দির হাংদোক্লে
থাপ্না দর্শন ফংহল্লে।
মেন্দে চীংন্নু 'নাইন্নুবী
যাতি খুজোক পায়রিবী
মন্দির থক্তা থাদরি,
পিরাং মিৎতা শীন্থরি।
"তোল্ল' মপোক ফংলবী
চীংন্নুং চাদি চীংন্নুবী
য়াদরেদো চংজবা
লৌবিরোও-ন্নুংশিবা!"
মনাই ভক্তি উবদা
বৃনাম চন্দ্র মবুংঙো,
ভক্তে নিংবা থুংহনবা
লেঙথরকখি মবুংঙো
সিংহাসন্দে থাক-অমা।

লোকচাও নংবু উবদা
চীংনু' পন্সি রারীবু
নিংশিংহল্লি ঐহাকপু।
"ঙাং বিঙাংপু খায়দবা
হেঃ ইবুংঙো মুংশিবা।
পুকচেল্ শেংবা মীওইনা
থম্মোয় লুবা ওইরগা
ভক্তি প্রেমবু ফংহনা
নংগী চরণ য়োনবা!
ফংহনবিয়ু (ঐহাকপু) ননাইবু
ভক্তি প্রেমদি অনিবু।

---

## "মতম কুইনগী মতুংদা মমা লৈবাক্তা হল্লকপা"

"লম্বেল 'সিবু চুম্মিদ্রা
খোংনাং অহুম হৌরম্বা
হৌজিক ইকোক কোক্লবা;
পোৎয়োম্বীনা য়াম্মিবা,
হুকান মক্তা ঙাইরম্বা!
স্কুলদি লৈরি হায়রবু

মওং মফম মান্নদে।
করিনোনে মওংসে
মচু কয়া য়াল্লম্লে,
নত্রমাল্লে মফমসে !
পোৎয়োম্বীশিং ফম্লিবা
থাইনগীগা মান্নদে।
পাখং খরা লেপ্লিবা
ফৈজোম শেৎপা য়াওনদে
চোইরোন মক্তা মরোম্নৈ
থাংলোন মক্তা মঙাংনৈ।
মশক্কীদি নহানি,
শমলাংগীদি মো ’চানি,
খরা কোইফম ফম্লগা
লা অমদা হাপ্লিবা
শিংজু চাম্নি মওংসু
খুৎতা কাইদা অমনি।
পাখংগসু থিগৎনৈ
ইকাই ইকি লৈনদে
চৈনা-থাংনা ঙাংনজে।
মফমসিবু লাল্লব্রা
ঐবু লাইনা পুরব্রা !
কৈথেল মচা অমদা

সুপী সুপা ফন্নগা,
পাখং লৈশা' মরক্তা
অকাম অপেৎ ঙাংনবা
সুম্বা লৈপাক লৈরক্ফম
থোক্লিবরা মালেমদা !
ঐনা লাল্লগদ্রা

ঐবু ভূতনা পুরব্রা ?
ইমা লৈপাক মণিপুর
গোবিন্দনা ঙাস্থোইবা,
ঐনা পাখং ওইভেদা
সার চুড়াচান্দ নিংথৌনা
শ্রীগোবিন্দ সেবাদা
পুক্লিং হকচাং লুপ্তূনা
চীঙন লেম্না পাল্লম্বা
মৈতৈ লৈবাক অতুবু
নত্তবরা মসিবু !"
খেন্নমল্লি করিনো
ঙাওরবরা ঐহাকপু !"

সুম্না থল্লি' তাঙ্গাদা
পাখং মচা অমনা
থাংনা থিল্লে হায়ছুনা
'ফারো ফারো' লাওছুনা

পাখং ময়াম অমনা
অনিখকপু তাম্নরি।
মচু অমুক উবদা
চহি য়াম্খে মতুংদা
মমালৈদা শিরুগে
শ্রীগোবিন্দ খুরুমগে
খঞ্জচুনা লাকলিবা
অহলচুনা খল্লক্লি।
"শোয়দে শোয়দে ঐহাকসে
অশি থোংদা চংঙক্লে।
যমগী লৈবাক হায়বদো
শোয়দে ওইরম তারেদো।"
তানফম অসি মক্তদা
খংনরক্লি য়ু ঙাওবা;
কন্না কন্না লাওনরি
নুঙনা কোক্তা শুনরি।
মচু অমুক উবদা
অহল 'চুনা খল্লক্লি।
ওম্থোকপনি ঐহাক্তি
ঐবু কমদো শিরিবা,
খঙহৌদরে ঐহাক্তি।
ইমা লৈবাক ঙাকপদা

ধর্ম্মো লানফম কয়াদা
নোক্লা মায়োক য়াখিবা
চীনা ওম্বা অকনবা
ব্রিটিশ লাঞ্জাও মক্তুদা
মিংচৎ উরোং খিনখিবা
অকল অথৌ পোকখিবী
স্বর্গদগী হেল্লবী
মৈতৈ পোকপী 'ভম্পাক্তা
শিজরুগে লাকচবা,
যমগী লৈবাক ওইরম্লে ;
কমদৌসিবা ঐহাক্কে !
শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো
থাদোকপিন্নু ননাইবু।
যমগী লৈবাক ওইরস্নু
নংগী মিংলেন অথুম্বা
শোম্না শোম্না লেঞ্জগে
নিংশিং নিংশিং রাজগে।
যমগী লৈবাক মম্নুংদা
অরা অনা খাঙলগা,
মপোক অমুক যংবদা
ঐনা নহা ওইভেদা
লৈজরম্বা মণিপুর

স্বর্গদগী তাদবা,
ঋতু খোঙচৎ কায়দনা
হৈরাং লৈরাং কৎতুনা
শ্রীগোবিন্দ ইরাৎপা
মৈতৈ পোকপী' গর্ভদা
মচা ওইনা পোকচবা
ফংহন'বিয় ইবুংঙো।

## "লম্ফেল পাৎকী কোম্বীরৈ"

কোম্বীরৈদি কোম্বীরৈ
লম্ফেল কোম্বান ঙাম্নরৈ।
অচিকপদা খোঙদারৈ
লাঙ্গোন চী'না কোম্নরৈ
লোয়া মুংশিং য়ৈনরৈ!
নংগী রাখল করিনো
খঙদরেদো কোম্বীরৈ।
অপুম অশা মরক্তা
পাখী খোনথী ময়ায়দা
নংনা লোন্না লৈরুবা
নরূপ নপীঙ্গা ঙাইত্রা?

মীহৌ চাওবা তাইবংদা
কল্লক য়েংথি মরক্তা
লৈনিংদবা মক্তনা
লোত্তুনবু লৈবরা ?
অসি নক্রে হায়রগা
শলগী শল্লুপ উবদা
কাওরেন শলবু শেন্দুনা
রাম কৃষ্ণ আননা
সখাশিংগা লোইননা
লেংঙকনিবু খনত্রা ?
য়াঙ্গোই মপৈ উরগা
লানবাও লাকই খন্দুনা
কোমদা লোৎকে থোরাংত্রা ?
কনাগুম্বই মতশিংদো
তাজরুরে কোম্বীরৈ।
ঐগী থম্মোয় পানবদো
থেংনদ্রিদো কোম্বীরৈ।
য়ানিংদবা নত্তেদো
পেন্দবনি কোম্বীরৈ।
পেন্দ পেন্দ লাকপদো
ও'স' লাক্রে কোম্বীরৈ।
নংগী হৌফম কোম্বান্দো

লম্ফেল পাংকী কোম্বীরৈ।
পৃথ্বি ফাওবা অর্জ্জুণগী
চংজরকখি কোম্বীরৈ।
মচা বক্রু নিংথৌদো
মানা খণ্ডদ্রে কোম্বীরৈ
অর্জ্জুণ বক্রু অনিদো
কাপ্পখিদো কোম্বীবৈ।
মপা মচাই লানফমদো
অঙকপনি কোম্বীরৈ।
কাপ্পখিবা তেঙ্গেদো
কুংনা তাখি লম্ফেলদা।
তেম্না তাখি' মফমদো
'চম্বা নত্তে কোম্বীরৈ।
তীর্থনিস্থ হায়নৈদো
শোম্নরিদো কনানা।
মাহু নংনা খণ্ডহুনা
হৌখিবরা কোম্বারৈ।
অস্থুম্নবু খল্লুরে
'পণ্ডবা ঐদি কোম্বীরৈ।

---

## "বকুলনা হায়জবা"

প্রকৃতি গী শেংলবা পিরাংঃ
নিংথিনা চান্নবা অশংবা ফীজোলনা
ফজনা কুপ্লবা ইমাগী তম্পাক্তা,
নহাক্কী অথুম্বা মিংলেনবু শোন্দুনা
তাহ্না লৈজরে নংবুতা কৌহ্না
উফুলদৈ পোকপা থৌজালদগী কাউজগে,
মুং-পাল অনিদা উফুল মরিক পক্করে ;
থম্বালবু ওমজবা নিংথিবা মিৎস্নানা
মিৎয়েংবু তাবিয় তোল্লবী ননাইদা।
ফংহল্লু তোল্লবীবু নহাক্কী চরণ
ওন্দুনা লৈজগে নহাক্কী থুয়া-খা
নহাক্কী ননাইশিংগী নাইথাং ওইজগে ;
অপাম্বা য়াওদনা নহাকপু মুংশিবা
ফংহনবিয় তোল্লবী ননাই ঐঙোন্দা।

---

## "ঐগী অহান্বা ওঝা"

ঐবু নাওশেন নাওকোন্দা
পুন্সি কেন্নবী পলেমও !
থাগু থক্তা মাংদবা
লৈশোনস্থ চাদবা

তুংগী য়ুম্নী ওইবদ্রা
উইন মচী কারবা
ওইহৌনবা শীনবদা
চোকথরবা পম্বৌওঃ

পোত্থাদবা মুংশিংনা
খাংহৈজবী মালেম্না
চীংলেমজবী লোইবীনা
পাক্ল-সবুক লমহাংনা
পুকচেল শেংনা তাকপদা
খংঙমদ্রিবা অনৌবা
ঐবু নাওয়োক নাওকোন্দা
নিংশিংলকপা য়াওবরা?

য়াওরবদি তাকপিয়্
পিক্লিঙৈদে শেম্বিয়্
নচা ঐগী তমজফম
পিক্লিঙৈদে লৌজফম,

পলেম পম্বৌ অনিনি
নাওরা ওইবা ঐগীদি।

———

# "খোংগেন মেন্নলৈ"

চীংদা শাংপা খোঙ্গেন লৈ
পামেল শেগা মেন্নলৈ
চাংদা করিগী শাংপগে
নারক্তা করি' লোংপগে ?
মুংশিদকো শকহেনবী
পাম্মুইদকো অচূম্বী ।
লোইবী চীংদা শাংপনা
পামেল খোংদা কেল্লেদো ;
পামেল থক্তা লোংপনা
মপুই খুয়া য়োদ্রেদো ।
কল্লকইদা নিংথিবী
নংগী মপোক অশেংবী !
ঐনা শাংকে শ চচদে
মপুই থোদা ইনবনে ।
অচিকপদা শাচ্চগে
শেলোই চীংদা লৈজগে ।
ঐগী পোকফম পামেলনি
ঐগী লৈনফম শেলোইনি ।
ঐগী পোকফমদা লোইজগে
ঐগী লৈফমদা খুপচগে ।

শৈরেং লৈপুন

তোল্লবী ঐবু ননাইদি
অশেংবা হকচাং ফংজদ্রি ।
মপোক কয়া ওল্লগা
মপুই থোঁদা কায়ত্রগা,
মপুই থৌজাল লাকখিনি
মাগী মনাই ঙাইখিনি ।
মাগী মনাই ভক্তদি
য়েংদবনি মশাগী ;
জীবগীত খনবনি
চপ্প্‌ মান্ন' উবনি ।
মখোই থৌজাল ফংলগা
মপুই খুয়া তাঙ্গগে ।
মখোই মনাই ওইরগা
মপুই খুয়া য়োঁজগে ।



## "মুংলিবা থাবলগী তন্দন"

চোৎলি চোৎলিবা শুমাংদা পাইরিবা তন্দন উরগা
হাকাম রা-রা চল্লবা পন্সেমগী তস্পাক্তা উইরম্বা
ছুল্লিংবা মক্তনা মুল্লবা অঙাং নাওরা অমদি
'মৈ-চা' 'মৈ-চা' লাওহ্না তন্দন তম্না চেনশিনম্রি ।
কুফেৎ কুফেৎ পাইরিবা লামজবা হোৎনরি মথুৎনা ;

গুমাংনা নাস্তক তৌবনা মচা তুরুনি খন্দুনা,
মুন্না য়েংলিবী মমানা শেল্লি মচাবু মনাক্তা।
তন্দন ফাগে তান্নজরিবা মচা নাওরা অঙাংনা
অরংবা অচুতা য়েংবনা তুরোই মারোই তৌরকপা,
মমানা মখুজেং পায়চুনা লমজিংবিরি নিংথিনা।
হে অঙাং! হোৎন-থুংদা লৈ'নি তান্নরিবা অরংবা
রাদনা ফংদে তাকুনা তন্দনগুম পাইরি নমাংদা।
নোম্মু নোম্মু চাংনাইনা লাকনি মতেং শোয়দনা,
ফংলকনিকো অরংবা তান্নরিবদো নহাক্না।

---

## "ইচা য়াইমা"

ঐগী ইপারী য়াইমা রাঙাং রাতা মুংঙাইবা
শান্নবতা মপান্বা লাইরিক পুক্কিং চংদবা,'
কুমৈ তোয়না য়েংগব্বা নোংমা থেংনা লাকপদা
মমানা থিনা চৈবদা চাও থকউ য়াখিদ্রে।

লাইরিক লাইগু তৌদনা ফক্তা তুচুনা লৈখরে
মমানা থেমই য়াদে মন্নাম্বনা ঙাংই তাদে
মৌপা নিংবা মচেম্না চংচুনা হংলুই খুম্মক্তে
মরক্তা মানা খুন্নকপা পুক্লি পান্নুনা থাংনরে।

ময়াম্মা নোকপা তারগা হেন্না শাওরি মহাক্না
মওং অছু উবদা থোইচৎনখিনি খন্দুনা
তাঙ্গা অমা চারিঙৈ খরা কিহনগে নিংহুনা
ঐনা ধমকা তৌরহুনা শারিঙৈদা য়ৈরুরে।

তৌররোই চৎলোই হায়হুনা ও-খোংনা কপ্লক্লে
মখোঙ মখুৎ হামদনা ফমুং চংহুনা তুমখ্রে
'মিৎতৈ মপি তাবনা মোনখুম পুম্বা চোংলক্লে
মপুক্তি ইহাপ হাপখ্রে স্বর মপীসু হোনখ্রে।

মুংথিল চরা রানখিদে মুংদাং চরা চাখিদে
পারীনা থরায় ওইবী পলেম মমা ওইবীদো
মচাই মতৌ উবদা হিক্ল-হিক্ল কপ্লক্লে
মপারী মুন্না য়েংহুনা তপ্না তপ্না নানখ্রে।
ওস্থোকপগী অহিংনি! অসিগুম্বা তাঙ্গাদা;
থাদক্কী মচা হৌরক্লি ইমা ইমা কৌহুনা,
কপ্লিবা অঙাং লৌনবা শংলিবা'হু হুন্দোক্লে
ঐহাকসু থরায় মুংঙাইত্রে তুম্বা হিপ্পা চংদরে।

অহিং মিৎশেল খাংহুনা ইচাবু মুন্না য়েংহুনা
লৈজরম্বা ইখুৎতা অথুম অহাও পায়রহুনা
রানা তুম্লিবা ইচানা হৌগৎলকপা ঙাইহুনা
ইচাগী প্রেমদা লুপ্লিদো মায়া থৌরী পুন্দুনা।
মপা মমা ওইবনা মচাশিংবু মুংশিবা;
নংগী থৌজাল নত্তুনা করম তৌনা থাদোকপা

থরায়গী থরায় ওইবা, মফম খুদিং শীল্লিবা
লৌবিন্নুকো ইচাদা, তাহনবিয়ু নঙোন্দা।

---

## "অঙকপা থৌজাল"

শজি লাবা তুংইনবী
মচাই হক্তা কেম্নবী
রাব' পন্দোন লোম্নবী
রানা রানা য়োরক্লি
অহিং তাংলৌ থেংবগী
থুপ্নফমবু লমদমদি।

অহিং তাংলৌ লাকপদা
শজি লাবা খোঙম্যাংবা
তুম্থৌ থক্তা তুমথক্রি
'রাবা পুম্বা কোক্লরি।

কদাই শজী অমোম্বী
মচা কোম্ন হিপ্লিবী
ঙৈহাক ঙৈহাক উইথরি
মিকপ তোয়না থোকচরি
মচা মনম নমজরি
'থাদা চেংনা কোনশিল্লি।

পাম্ব কৈয়েন লাকত্রা
লম্মোক তোমথিন থুংলত্রা
চিংন চিংন হিপ্পনা
তুমশিং ফানা তুমজবা
ফংজদেদো য়াহিপ্পা।

শজি লাবা তুম্লিডৈ
মমা মচা হিপ্লিডৈ
বনগী লম্মৈ তমথীবা
লমজাও খোম্না চাক্লকপা।

শজি লাবা পাঙ্গনবা
মৈরম খায়না চোংঙম্বা
মৈগী মৈরী উবদা
মৈরম খঙনা চোংহুনা
মৈরী ব্লাংমা লানখিবা।

হুজা লক্তা চল্লবী
মচাই প্রেমদা লুপ্লবী
'থাদা মচা কোল্লিবী;
বনগী মৈরী অঙকপী
চিংনা চিংনা য়েংলিবী
মশা তনিক তনিকপী
সহায় উপায় লৈত্রবী
পন্থো নোংথক য়েংঙক্লি
পিয়াং মিংতা শীহ্নরি।

মচাই মশক য়েংজরি
থক্তা অমুক য়েংখংলি,
মচা চেংনা কোনশিল্লি
ছিক্ল ছিক্ল কপ্লক্লি।

তাইবং মপু তারক্লি
ফুইনা নোংবু হৌরক্লি
খঙহৌদনা চুরক্লি
বনগী মৈরী মুংখরি
মমা মচা কনবীরি।

---

## "তোনখ্রেদা"

ঙরাংতা পোমছুনা লৈহৌরিবা
ঙসিদি পোমশাংনরম্লেদো মাল্লিকা
খোইমুনা মুনা য়েংলম্লেদো মাল্লিকা,
নামিবনস্থ হুমলম্লেদো মাল্লিকা।

ঙরাং পোমশাংনহৌবা মাল্লিকা—
ওম্ভোকপনি, তিম্না চিকথংপীরম্লেদো,
খোইমুনা ঙংনা পাইরবা উররোইদো,
নামিবনা তপ্না হুম্বা খঙলরোইদো।

গ্রীস্থ, মৃত্যুনা লাক্লবা কানদা

হুংশিবা কয়া হৌথিবা নিংশিংলোইদো
পামজবা কয়া লৈরিবা খঙলরোইদো,
লাকখিদোবা অপুম্বসু উররোইদো।
পোশক খুদিংনা ঐবু তাকলিবা
ইমিৎ মক্না উনা উনা উত্রেদকো,
ইনানসু তানা তানা তাত্রেদকো,
ঐগা মাপ্পনা তোনবসি লৈত্রেদকো।

---

## "পিবী-ও"

পিল্লবা নংগী
নশাক্সি।
খুপি মরুমদা
চাওবনি।
সনা অহিংবা
মচুনি।
থম্মোয় শোক্লবা
খোঞ্জেলনি।
করি মত্রোনো
পাম্নরিবা।
কময়া খুৎহৎনো
থংলিবা।
ঐগী থম্মোয়গী
বীণাদা,
খেঙজিল্লরেনে
স্বরনা।
নংগী স্বরদি
'ঙকপনি।
নংগী খোম্থোকসু
'তাংবনি।
'হুবু অঙকপদি
অসিনি
নহাকপু বার্তন
তৌথিল্লি।

নংগী রাখলনা
করিনো,
করি খন্দুনা
খোংবনো ?
মুমিদাংরাইদি
লাকপদা,
তময়া কোরি
চেনবদা,
নংনা' 'নিং' 'নিং'বু
খোঙকপা,
ইমুংগী মুপী
নহাদা,
ইমুং মাঙ্গোনবু
শেংহনা,
ধূপকা-থাংমৈগা
কৎতুনা,
সন্ধ্যাগী হুরু
মুরুবা,

রাক্ষস বেলাগী
মতমদা
মপুগী মিংলেন
অথুম্বা
শকউ-শোল্লুবু
তাকপরা।
কোলোই নমিংনা
নক্লিবা
পাউতাক মরুগা
লুরিবা
হে হরি নোংনাং
কৌবি-ও !
নংগী খোঙ্গ্রেঙ্গ
তাহল্লো,
হরি নিংশিংবা
পিবি-ও।

# "লাইরবী নমা"

রাকচিং থাগী মতমনি
উন্না ফীগৌ তাবনি।
হন্নু-হনা চিংশিল্লে
অঙাং মচা নিংঙাইরে
মমা থাদোকউ য়াদরে
থবক নোম্বা ঙমদরে
অঙাং নিঙাই হেল্লক্লে।
মতমনদি ঙাইবিদে
লাইর মুঙাই খাইবিদে
লাইরবীদি মমানি
মপুরোইবা কদনগী
শেবাদবু কেমলবী।
নমদা অঙাং পোথৎলে
ইমুং মাঙোন তৈজরে
কোললিক ফেংবা লোইজরে
মচা মপা অহনদি
ফুল তমজবা চচ্চনি;
লাইর চরা থোঙনি
নংনববু পীজনি।
উতেক রাতেক খুল্লরি
থাম্বি মৈবু থাগৎলি

ঈশিং পুনজাও লুমজরি।
ইমুংগী অহল ওইবা
তনবনা লাইচুরবা
ফমুং থক্তা কুল্লিবা
য়াক্তং মৈখু চিংলিবা,
অঙাং নাৱা লৌনবা
হায়জরুবা খুদক্তা
থিনা লাওনা চৈরকপা।
মমা ওইবী লাঈরবী
খংপ্রেক খংনা তারিবী
মতেং অমা লৈত্রবী
মরাইবক্তী তমগ্রবী
পিরাং মিৎতা চেন্নবী
ঙমোক হৈমোক লৈতবী
মচা থাদক থেমজরি,
ঙহাক পুজোই থমজরি
কপ্পা তানা ইরুরি।
তৱা চাকপু থোংজরি
লাইরিক তম্বা কাহল্লি।
অস্তুমবু য়োক্লকপী
পলেম ’মাবু কাউবদি
মীওইবগী লমচংতি
নত্তবৱা খঞ্জরি।

# "অরোইবা শৈশক্তা"

পুন্সি' অরোইবা শৈশক্তা
নংগী মুরাত নিংথিবা,
পুকনিংগী মিৎনা উজগে।

কংলবা ঐগী লৈয়েংনা
যোগী ঋষিনা থক্লিবা
নংগী কোলোই অথুম্বা
থম্মোয়দা কাউবা লৈতনা,
অজপা জপতা শোণ্ণগে।

ননাইগী অরোইবা দানদা
তোল্লবৈ থরায় মণ্ডানা
লৈচু মণ্ডাবু ওইরগা
ভক্তিগী লংনা লেংহনা
প্রেমগী চন্দন খিকচরগা,
নংগী চরন্দা কচ্চগে।

নংগী মালিনী রাত্রস্থু
লৈরাং লৈথল য়াম্লস্থু,
তোল্লবৈ লৈরাং লৌবিয়ু
নিংজবা আশা থুংজগে।

---

# "কনা লৈরি চংজফম"

নংগী মিংলেন লিশিংদা
থেংনজেদো নিতিগী
"বায়ু কোট মহাবল"।
খবর কয়া কয়াদা
পাওথাং কয়া থেংনখি;
নোংলৈ সুংশিৎ কনবনা
হুমদোকখিবা কয়াগী,
অকি তুজুং পোকহল্বী।

× × × ×

ইমিৎনদি উদবা
পাওথাংগীত ওইরম্বী।
লাইরিক্তুদা থেংনখি।
১৮ মার্চ্চদা (১৯৩৩)
মাই তৌওম্বা উৎপদা
জীঅম মপাক কয়ানা
অতিয়াদা পাইরকপা
ইমিৎমক্লা উহৌই।

× × ×
× × ×
× × ×

অসিগুম্বা অঁকিবা,
খুদোংথীবা অঙকপা,
তাদনবা জীবদা,
মাগী খুয়া থম্বালদা
চংজহৌবা তাদরা !
কনা লৈরি নিংজফম,
মথোঙ থম্বাল নত্তনদি ।

---

## "হামেং শম্পকপী"

হাদ হামেং শম্পকপী,
অনক অনক নপকম্বী !

ষণদা ফংলে মনপ্পা
মীদা ফংলে মনপ্পা
তাংজ লিন্দ' নপুবা,
মন্থ পাল্লি কিবরা ?

× × × ×

করি রানো মীওইবা !
থম্মা ঈশিং পকপরা,
ঙাপ্রম লৈথোম তৈবরা ?

× × × ×

ঐগী নাক্তা চঙঙকপা
হন্না তুনা য়েংদবা,
তান্নহুনা নপলুবা
তৌজরুদে পুন্সিদা।
অথোই' মপোক ফংলগা
খোঙথাফমদি য়েংদনা
অশোনববু তূহৎপা
অতোনববু নমহৎপা,
মীওইবগী নীতিরা ?

পুন্সি' খোঙথা খুদিংদা
খোঙথা শেম্মু মীওইবা।

'ঐগী' হায়বা নাপন্না
'হেরা' তোংবা রাখন্না,

পোকঙমদ্রবা মপোক্তো
শোইদনবা হোৎনৌকো।

---

## "থবাই"

নঙগী মরুপ কনানো
থরায় ঐহাক নত্তনা।
নঙগী ওইবা মরুপ্তো

মশক খঙগে তান্দবা,
ইকাইদরা নতোমতা !
নংগী ওইবা মরুপ্তো
নঙনা খঙবা ঙমদ্রগা
হংঙউ ওজা গুরুন্দা।
পঞ্চ ভূতকী হকচাংদো
নঙনা ঐনি লৌরিবা
শরু শদোং অহাংবা,
ঈশিং মুংশিৎ নত্তরা ?
মখোইসিনা শেম্বদো
নঙনা নঙনি লৌরিবা,
তাহৌগনি শোইদনা
থরায় ঐনা চৎত্রগা।

———

## "শোঞ্জরক্লে মতোমতা"

### ১৯ জুন ১৯৬৬

হে হরি !
ননাই ঐগী চহিসে কুমশি য়াংখৈহুমদোইনি
ঐগী চহি মসুংদা ঈশিং ইচাও কয়ানি।
ঙসি'সিমুক চাওবদি উজরকত্রি পুল্লীগী।

হন্দকী'মুক ঙকপস্থু থেংনরকত্রি ঐহাক্তি।
কিরে রারে ইবুংঙো য়েংবিরোনে জীবগী।
লৈঙমদরে মীওইবা মিপাইনরে ঈপাকী।
নঙগী নগুণ অচোবা উজরেদো হৌজিক্তি।
নঙনা ঙম্বা শক্তিস্থু থেংনরেদো ঙসিদি।
থৌজানবিরো ইবুঙেঙা, কিরে রারে ঈচাওগী
সাধুশিংনা হায়নৈদো থৌজাল হৈবা নহাক্কি
পিক্ক মরু মন্থুংদা থম্বিবগুম বট পাম্বী
য়োংশিনবিরো ঈপাকসে গর্ভস্থুংদা নহাক্কী।
চংফম লৈতে কনাদা নথোং থম্বাল' নত্তনদি।
অকি-অথং কোকহম্বা নঙগী নমিং 'হরি'নি।
শোঞ্জরক্লে মতোমতা 'হরি-হরি' মিংলেন্দি।

---

## "কম্না লানগবা"

ঙসি হয়েং হায়ত্থনা
মুমিং কয়া হোৎপ্রবা!
ইতোমতবু ঐহাক্না
রারকচবা ঙমদবা,
ঐবু মীগী মরক্তা
শাংথারুবা য়ারিব্রা!
ওম্থোকপনি তোল্লিদা,

পংমল্লসু পংঈদা !

× × × ×

খঙনা খঙনা খঙদেদা
তান-তান তাদেদা !

× × × ×

কম্না ঐনা লানগবা
মায়া ঈপাক অঙকপা !

---

## "কনা নতুং ইল্লোইদো"

হে পুক্নীং ও শোল্লোদো
মপু মাগী মিংলেন্দো।
তুংগী পুন্সী তেল্লেদো,
মিংলেন মাগী শোলহোরো।
মাংগী পুন্সী ঈচেন্দো
পাঙ্গল লয়না তাউথৈদো।
'হুফাও নঙবু চেষ্নেদো,
তোরৈ ঈরৈ থেংনৈদো !
অরা-মুংঙাই তোরৈদো
মশক লেপ্তে খঙলেদো !
মশক লেপ্ত পোশক্তো
অমাং অতা নাইদো।

অমাং অতা নাইবদো,
মতম য়ায়রে থাদোক্লো ।
থেংগ্রে খঙনা থাবদো
নঙনা ঙমহিক্কবদো
নঙগী নরাল ওইনিদো,
কনা নতুং ইল্লোইদো ।

---

## "হে পুকনীং পোম্বি"

হে পুকনীং পোম্বি ওঃ,
চেক্লা য়াখল থাদোক্লো
পানগী আশা হুন্দোক্লো !
হে পুকনীং পোম্বি ওঃ,
ঐনা হায়বা ইনবিয়ু
মায়া উহৈ পামলুয়ু ।
হে পুকনীং পোম্বি ওঃ,
মায়া উহৈ তঙাংবী
চেক্লা লফ্ফে পাইহনবী,
পাম্মুরয়ু হে পোম্বি
লম্মাংনহুনা ঙাওগনি !
হে পুকনীং পোম্বি ওঃ,

পোকপদগী য়োকচবা
পোম্বি নঙনি মুংশিবা !
হে পুকনীং পোম্বি ওঃ,
নিংউ মাবু থোইথোইবা,
থম্মোয় মুংদা ঙাম্লিবা,
নঙবু ঐবু কোল্লিবা।
হে পুকনীং পোম্বি ওঃ,
মাগী মঙাল ফংলগা
উরক্কনি খোখোপ্পা।

---

## "পোম্বি নঙবু থাঙমদে"

পোম্বি নঙনা খোংববু চেক্লা-লক্কা তিল্লুগে
হন্না হন্না খোংবরা ?
চেক্লা শঙ্গু পাইরগা নঙনা চেক চেক খোংবসে
তাঙমদরে ইনানা।
মথোই শউম ফংলগা নঙনা নসা থপ্লসে
য়েংঙমদরে ইমিৎনা।
নতৌ নঙগী উবদা পোনগী খোংনাও হাংনিংলে,
তিল্লুগেরা সঙ্গুদা ?

× × × × ×

খন্দি খলহৌ পোম্বি নঙ, তিনফম নঙগী লৈরমদ্রে
কপ্লোইদরা পিনপ্পা !
চেক্লা নাওরা ওইঙৈদৈ পোম্বি শীঙদা চল্লক্লে,
ঙম্মুগদ্রা তিল্লুবা !
নঙনা লম্মাংনহ্নুনা হন্নফমবু খঙডক্কে,
ৱারোৈরোইদ্রা ঐঙোন্দা !
ৱাখল অসি খল্লুবা নঙবু ঐনা থাঙমদে,
পোম্বি নঙবু তাবরা ?

---

## "কর্ম্মগী মহয়নি উৎপরা"

ঙরাংত পোমহৌবা মাল্লিকা
ঙসিদি পোমশাৎনরমলেদো !
হে মতম কৌবা-ও পাঙ্গম্বা,
অঙকপনি নঙগী তৌঙম্বা !
ঙরাং পোমশাৎনহৌবা মাল্লিকা
ওঃ ঙসিদি খুইথরম্লেদো !
অৱাবনিদা, হে অমম্বা,
কনানা উরুবা ঙমগবা !
ঙরাং শাচ্চহৌবা মল্লিকা,
ঙসিম্নু শাৎলমলি মল্লিকা,

অঙকপনিদা, হে অথুপ্পা,
কনানা খঙউবা ঙমগবা!
তাউজিং কয়া পিক্লিঙৈ কেনবা
শীঙেল কোঙ্গাই পোম্লিঙৈ খুইবা!
তাইবং লীলাগীবু মন্নুংদা
কর্ম্মগী মহয়নি উৎপরা!

---

## "সংস্কার"

ইচা ইচা রারকসি,
অঙাং লোইনা শেমগৎসি।
রারক চৈথেং কন্নসি,
অঙাং নহা ফহনসি।
ইচা ইচা শেম্বসি,
মপা মমাই থোৌদাংনি।
ইচা ফন' শেম্বসি,
সমাজ সংস্কার মন্নুংনি।
লীলা ফালা কৌবসি,
অককুবা থন্নসি।
নত্রবদি মাংলনি,
অঙাং নহা ঐথোরগী।

য়েক্লবনা কোইরক্লি,
পুক্কী চেংজেন রাৎলক্লি।
মতাং তাঙ্গা খঙহৌসি,
তকসি শোন্ন তোকহৌনি।

---

## "ইমা কপপ্লুরন্নু"

ইমা লৈবাক স্নুংশিবী ইচা মীচা খায়দবী,
মৈতৈ পোকপী পুকফবী মচু মখল য়োক্লিবী!
অপোকপীনা নাওপুবা থাবুম তারা খক্তনি;
পলেম 'মানা নাওকোম্বা চহি মতম খরনি,
কদাই ইমা নহাক্তি ঈগী ঈচেল পীবনি।
'ঈ' ঈচেল পীবিবা ইমা নংগীনি ঐখোয়দি
ইমা নঙবু কাউথোকপা নচা ঐখোই ইরান্নি।
ইমা নিংবা নপাবী, নমোম কয়া হৌরক্লি,
মথং মথং লাক্করি ইমাই খোঙ্গুল লিরক্লি,
য়ৌরকখিনি মখোয়দো খুষাখাদা ইমাগী।
মতমতুদা ইমাগী 'রাবা পুম্বা কোক্লনি
কপ্লুরন্নু ইমা-ও মতম লাক্লে ইমাগী।

---

# "কোক্কনি"

লৌহৌরোকো নচাই পোলাং
লুনা চাম্ম য়োকচবদো ।
ঐদি চৎলেকো ইফমলাং,
ইশক খঙ্গে তান্দবদো।
পঞ্চভূতকী হকচাং পোলাং
নথাম্মংদা কোঞ্জবদো,
নশুমাংদি নখেঞ্জোং লাং
পুল্সী তুমথুন তালহৌরেদো
কপ্প কোল্লু নচা পোলাং
লুনা চাম্ম থমজবদো !
ঐদি য়ৌরগে ইফমলাং,
নোংমতস্থ কৌদবদো।

... ... ... ... ...
... ... ... ... ...

চংউ খুয়াদা মপুরেন
লৈফম মাগী থিবিহৌ-ও !
শোঞ্জবনা মাগী মিংলেন
চংহৌবনা মাগী লৈফম
ইশক ঐগী খঙ্গনিদো,
অরা অনা কোক্কনিদো।

# "ইথৌ খণ্ডসি"

মাগী মাগী মথৌদাং
পায়দবরা করিনো
মফম খুদিং মোংলক্লে !
তৌফম থোকপা মথৌদাং
খওইনদ্রা করিনো
থবক খুদিং পন্থরে !

× × × ×

দায়ী খণ্ডসি ইথৌদাং
মাংবা তারে ঐখোয়দো,
পুন্সী ঈচেল লেপ্তুয়ে।
ঙরাংতগী চীংখোংনাং
ওল্লকুনা উনিংথো
মসা মরেং ফল্লক্লে।
তমগী হৈনৌ হৈরাংপাল
তীঞ্জংবরা করনো
হৈরাং মহয় চাদরে
অরেম্বদা মাংনরে ।

———

# "অঙাংগী লাইশোল"

খঙজদে করিস্তু
অপংবা নাওরানি।
কমদোনা নহাকপু
নাওরানা শোনগনি
নহাক্কী নশকস্তু
ঐহাক্তি উজদ্রি।
নহাক্কী নমিংস্তু
ঐহাক্তি তাজদ্রি।
ইমানা ঐহাকপু
'কিষণ' শোলহল্লি।
হয়াওই পাবস্তু
'কি-ষ-ণ' শোল্লদি।
ইমাগী য়াথংবু
ঐহাক্না ইল্লিংই।
শোল্লগে ওসিস্তু
ইমাগী য়াথংনি।
ইমানা গুরুবু
ওইজগে ঐগীদি।

## "সিংহারৈনা হায়জবা"

ঈশ্বুং ওংবা লিক্লাগী
মাইতাক্তবা ফংলিউৈ,
অয়ুক কোয়ৌ নহাগী
মশেক মঙাল য়ৈয়িউৈ,
তাইবং ঈরাং কয়াগী
ঈথক ঈপোম কন্দ্রিউৈ,
সিংহারৈবু ঐহাক্তি
কেপ্তহৌগে লৈখোক্কে।
মালেম ইমা ক্লংশিবী,
ওকপিয়্নকো সিংহারৈ।
মকম খুদিং লৈবগী,
শ্রীগোবিন্দ ইঙোগী
সিংহার মতম ঙাইজবী
নমোম ঐনি সিংহারৈ।

---

## "মতিক চাথিসি"

মুজা ছাত্রি ঐগী তুং লোইম্লনা ইল্লিবা
পোম্বোমবী ঐহাক্তি ইকাইজেয়ে মীমাংদা।
তুংগী য়ুবী ওইদৌবা ইমা লৈবাক ঙাক্তোবা,

মন্নুং মতম চাদ্রিবা স্নুরা পাখং মচানা,
লাইরিক তম্বা লাক্লগা করি' লম্ফে চৎলিবা ?
মহৈ তানগে হায়দ্রগা চোইরোম্লনা চৎপনা
তুংগী করি তোংজবা লাকদৌরি খন্দরা ?
হৈজিং কাদ্রিবা হৈরাংবু নমজানগে খল্লিবা,
পোম্বোমনগী শীঙেলবু নমজিন্নগে তাল্লিবা,
কনবিগনু নথম্মোই গুজা ওইবী মকাদা
থাদোকপিয় ৱাখন্দো অঙম তানগে খল্লিবা।
ইহৈ-ইশিং তানখিসি মীরমচাগা পানবা
মতিক চাবা ওইখিসি ইমাই সেবা ঙম্লবা।
মহৈ মশিং হৈত্রিডৈ ফত্তলম্বী তম্মবা,
অকায় লম্বী চৎলবা, অরাল লম্বী য়াল্লবা,
করম্বা মীনা চাউখৎপা য়াওখিবগে মালেমদা।

---

## "হে শীঙেল"

শীঙেল নঙগী লৈপাম্বা
কুম্লোইনেদো অকিবা
নোংসৈ স্নুংশিং তমথীবা।
লৈরাং নঙগী নকুমথা
খোঙলোইনেদো শাথীবা
নাপী শীংবী ফত্তবা।

মতম মখা পোনবনা
ইকাই ইকি অপূম্বা
খাংবা তাইদো অতুম্না।
মখাং কম্না খাঙলগা
পুন্সী মহয় য়ানগবা
খন্থহৌকো নোম্লক্না।

---

## "নহাক্তনি তৌঙম্বা"

হুমিদাংরাই লাকপদা
তাখিরমদাই কোরৌনা
নোংচূপ চীংদোল য়াংমদা
হাইথগ্রবা মতমদা
সনা মচু ওমজবা
মণি মচু নমহৎপা
পুকনীং হুবা মচুনা
মাইকৈ খোম্না ওাল্লকপা,
নঙাল নংগী উৎপরা?
শেলোই চীংজাও নাপোমদা
নশেক নঙগী য়ৈরকপা
শামু লমশা পাঙম্বা

মপৈ পরেং লেপহন্বা,
নঙগী 'ঙন্বা উৎপরা!
চীংজাও পামেল নাপুংবা
চবুল মপৈ হৌজবা
নশেক নঙগী য়ৈরকপা
মণি পামেল অশংবা
কাংলুপ কাংলুপ হৌহন্বা,
নতিক নঙগী উৎপরা!
য়েংউ য়েংউ মাইকৈব্দা
থিরু থিরু মফমদা
উরু উরু পোশক্তা
নঙগী থোজাল নত্তনা,
লৈরমদরে, তৌঙন্বা!

———

## "কনানো?"

কুরাক মখল মখেলদা
মচু মমেল কয়ানা
পুকনীং হুবা য়েংবদা
লৈরোং মখল হংদিবা,
কনানো ইবুঙ্গো নহাকপু!

থোংনা নৌনা ফজবা
মচু মথল লোইনবা
শীঙেল লৈরাং কাংলুপ্তা
ঈংনা মেংনা ষুংশিবা
ষুংশি লৈনম হাপ্পিবা
কনানো ইবুঙেঙা নহাকপু ?

নোংপোক চীংদোন থাংলকপা
অয়ুক কোরৌ নহানা
মশেক মঙাল পীবদা
তিংথৌ মতোন মতোন্দা
মুক্তাই শরীক য়ালহন্বা,
কনানো ইবুঙেঙা নহাকপু ?

ৱাখল নাওৱা ওইবনা
নঙগী থৌশীল অঙকপা
ঙমজদরে শীঙথাবা,
খুরুমজরগেকো নহাকপু।

---

## 'কবি ৱাংলিবগে"

পলেম পম্থো নঙগী লৈরে
স্কুল কলেজ নঙগী লৈরে

ওঝা গুরু নংগী লৈরে
লাইরিক লাইশু নংগী লৈরে
নংগী করি রাংলিবগে ?

একাগাড়ী নংগী লৈরে
খুদাং ঘড়ী নংগী লৈরে
ফুরিৎ খোংগ্রাও নংগী লৈরে
খোংউপ অনি নংগী লৈরে
নংগী করি রাংলিবগে ?

অফ-ফত্ত নংনা উরে
লীলা যালা নংনা উরে
অরা-অনা নংনা উরে
মুংঙাই য়াইফ নংনা উরে
নংগী করি রাংলিবগে ?

মীহাৎ মীপুন নংনা উরে
অফা অপুন নংনা উরে
রাখল শক্তি নংগী লৈরে,
খঙ্গ পূম্বা হংবা হৈরে
নংগী করি রাংলিবগে ?



# "লৈরাং পুকনীং থুংহল্লো'

ইবুঙো !

নঙনা থাহনবা গোলাপ্তো
থ্রৈনা ঈশিং চাইজবদো
পোমলক্লেদো ইবুঙো !
লৈরাং মানা পোমক্ত্রিদুবৈ
শীঙেল লৈশক উৎলক্ত্রিদুবৈ,
রাখল ইচোই চোইদেদো ।
কদাই ইবুঙো হৌজিক্তি
শীঙেল মাগী রাখন্দি,
নোংমা নোংমা হেল্লেদো ।

X X X X

মতমগী মখা পোনবনা
খোংচৎ মাগী লেপ্তুবনা,
শীঙেল পোমশাৎনরেদো ।
শীঙেলবু মাগী মকুমথা
লৈরাংবু মাগী লৈপাক্থা
নোংলৈ মুংশিং খোংনৈদো,
নাপী-শীংবা লোইনৈদো ।
তাইবংগী মপু নহাক্তি,
পূম্নমক্কী মবুঙোনি

শীঙেল্ লৈকা ফংগহল্লো
পুন্সী মহয় য়ালহল্লো।

---

# "কাওহনবিনু"

ঐনা করি খঙহনা
নঙগী নগুণ শকনি,
নঙগী নতিক শীংথানি।
'হবু ই'ঙেঙা ময়ুংশিবা
নঙগী নগুণ শকনিংই,
নঙগী লীলা তানিংই,
নঙগী নতিক খঙনিংই।
× × × ×
× × × ×
নঙগী নগুণ অচৌবা
নঙগী নতিক অঙকপা
নঙগী লীলা অপাকপা
খঙবা ঙমদ্রে ননাইদি।
নঙগী মিংলেন অথুম্বা
কাউহনবিদু তোল্লবনি।

---

# "কর্ম্মগী মহয় চাবা লাকপনি"

তাইবং মীগী মপোকসে
ঐগী ঐগী কর্ম্মগী
মহয় চাবা লাকপনি।
মহয় অতু পীবসে
চাংঙু মাগী শিন্থানি,
মপু মাগী নোংদমনি।
মহয় অতু চাবসি
ইহুৎ মীহুৎ লৈতরি,
ঐনা ঐনা মতারি।
মহয় কয়া চানরি
'তুফাও খঙবা ঙমদরি।
থোইনা হেন্না মমশিল্লি!
করিনোনে তৌরিসি
চাংঙু মাগী শিন্থাসি,
মপু মাগী নোংদমসি!
অরা-অনা থেংনরি
ইশা ইশা খঙনরি,
ইমিৎ-মিৎনা উনরি।



## "মায়া"

মমল য়াম্ব মতমসে
অরেম্বদা হৌখরে।
ফংঙমদ্রবা পুন্সীসে
নোংমা নোংমা লেনখরে
পোকঙমত্রবা মপোকসে
অরেম্বদা মাংদোরে।
ঐদি মাংবা তারক্লে
পুন্সী ময়াই চল্লক্লে।
কনা কনা লৈবগে
ঐবু লমজিংবিয়ুনে।
"অঙকপনি মায়াসে
খঙন খঙন খঙঙমদে।"

---

## "খম্বহৌসি"

লৈকাই লৈকাই মুজাশিং স্থুল কাবী পোমশাংপী,
পুমবুম্নবী কায়াংনা ফজ শক্লোন পুরবী,
মথোং কাবী ওইবনা নদোম নদোম হেঙ্গবী!
তানফম অসি নখোইগী লুরবা পুন্সীগী মতাংনি।
তিম্মু লাইমু ফত্তবা খোঙলোইনদো পাম্বানি;

মখোই শণ্ডম থেংনদো লৈপাম্বানি নখোইগী।
তাঞ্জা-মেঞ্জা খঙহৈসি খোঙথা হৈনা খোঙথাসি।
মিৎয়েং-নায়েং হৈহৌসি রাঙাং শাঙাং খম্বসি।
ফরক তানা চৎনুসি নোংলৈ মুংশিৎ থেংননি।
ইন্দ্রিয় পুম্বা লাকসিনসি নত্রদি মাংগনি।
মীওইবগী মরাইবক সঙ্গদগী ওইগল্লি,
তিল্লাং কুৎ-কুৎ য়োৎতুনা খম্বহৌসি মতমসি,
নখোইনিদো লমজিংবী ওইহৌদোবা মতুংগী।

———

## "হে অঙাং"

নঙগী পারা পাবদা
হয়েং হয়েং হায়ত্থনা
মুমিৎ পংয়ৈ য়ৈথোকম্মু।
ঙসিদগী হৌরগা
নঙগী তোংবা নত্তনা
মাংফম লৈতে করিস্নু।
ঙসি কৌবা কোরৌনা
হয়েং ওইনি খঙদবা,
অপংবনি মহাক্রু।
'হয়েংদগী' নিংথুনা
হয়েং কয়া হৌগ্রগা

কনাই মাংই থিজিন্নু।
'ওসি মশক খণ্ডদবা,
'হয়েং' কৈনো উদবা,
মহাক্তুগা তিন্নম্নু।
অনিসিবু খণ্ডল্লবা,
মহাক্তুগা তিন্নবা,
মী ওইগনি নহাকস্থু।

---

## "কাউওমদে অপাম্বা"

'ঐগী' 'ঐগী' হায়রুনা তানশীল্লম্বা অপূম্বা
ঐগী ওইরোইদৌরেদো থনম তারে খোখোপ্পা!
মুংশিদা সম্পত্তি। নওবু ফংন হোৎনরকপা,
চাবা তুম্বা মচেৎ ওই, লেল্লকখি রানা রানা।
নওগীদমক থাদুনা ইকাই-থকি ঐহাক্কা
মুংশিৎ মুংশা মরক্তা অন্না-অনা থাংখিবা,
মতুদগী ফংখিদো ইরাইথুংদি ফত্তবা
মানা পীবা চৈনাখোল থাংবা মক্তা হোৎনবা
রান-থোক্রে হৌজিক্তি মথা মাগী পোনখিবা।
চানিংবা চাবা য়াদরে মাবু কিজবা মক্তনা,
গ্রদো ঐগী ওইদরে মাগী মথা পোল্লবা।

হে সম্পত্তি মুংশিবা, হে সম্পত্তি পাম্মুবা।
ঐদি চৎপা তারেদো ইরাইথুংনা পুত্থনা,
রাখল শক্তি হন্থরে মাগী মৈচাক খাংবদা।

X X X X X

অঙকপনি হে মায়া, মৈচাকসিগী মঙ্গুংদা
নঙবুত্তদি কাউঙমদে, কোকপা ঙমদে অপাম্বা।

---

লোইরবা